**Manipuri Sanskriti amasung Manipuri Nupi**

*An analytical writing on Manipuri Culture and Manipuri Women*

*– By Dr. Jamini Devi in Manipuri*


*Published by* : Manipur State Commission for Women







*Ist Published* · June 2007

No. of copies : 1000





*Printed at* : Wizard Offset Printing,
Sagolband Thangapat Mapal, Imphal

*Cover* : Collection

*Price* : Rs. 60/-

*Available at* : Rajesh Book Store; Manipur Sahitya Parishad Office
& Office of the Manipur State Commission for Women

---

*Published with the financial assistance from the Manipur State Commission for Women, Manipur vide Resolution No. 3/2007(1) dt. 10 4.2007.*

কখোকচবা :

লমদমসিগী লোয়জি লোয়াদা
মনুং হুনজিনবা খুঙ্গংশিংদা
নাংকী শক্তম ঙাকলিবী
অৱা পোৎলুম পুরিবী
চমজরবী চনুরাশিংদা

- অইবী

# অইবীগী মায়কৈদগী ৱাহৈ খরদং

হন্দক মণিপুর স্টেট রুইমেন্স কমিসন্না নুপীনা নুপীগী মরমদা ইবা লাইরিক ফোঙগনি হায়বসিদা পুক্নিংদা য়াম্না নুংঙাইবা ফাওই । মণিপুরীদা ইবা ৱারেং, শৈরেং, ৱারীমচা, নোভেল য়াম্নদি লৈরে । নুপানা নুপীগী মবমদা ইবা লাইরিকসু লৈরে। অদুগা নুপীনা নুপীগী মরমদা ইবা লাইরিক্তি ইরৈ লৈত্রি হায়বা য়াই। নুপীগী নুংগী ওইবা ৱাখল ফোঙদোকপা, রিসার্চ তৌদুনা পুথোকপা লাইরিক য়াম্না দরকার ওইরি , নুপীবু হেন্না মশক তাক্লবা। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা "মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মৈতৈ নুপী" হায়বা ৱারেং অসিদি ঐনা নেসনেল বুক ট্রস্ট, ইন্দিয়াগী এদভাইজরী পেনেল মেম্বর ওইরিঙৈ খৃ: ২০০০ দা ইজখিবনি। এসেজ ওন মণিপুরী কলচর হায়বা এন্থ্রোলোজি অমা ফোঙবদা মচল ওইনবা থৌদাং শিন্নবিরকখিবদগী ইজখিবনি । ফোঙখিদ্রবা ৱারেং অসিগা লোযননা "মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মণিপুরী নুপী" হায়না মিংথোন্দুনা মণিপুরী নুপীগী মরমদা ইজখিবা মচোয় মচোয় তাদুনা লৈরবা ৱারেং খরগা নৌনা ইবা খরগা লেংশিঞ্জদুনা লাইরিক অসি পুথোকচবনি । মসি য়াম্না মপুং ফাবা নত্রবসু থায়নগী অমসুং নৌনা হোংলকলিবা সমাজদা মণিপুরী নুপীশিংগী ফিভমগী মতাংদা খরদং খঙহনবা ঙমগনি হায়বগী থাজবা থমজরি ।

*দা. যামিনী দেবী*

# লাইরিক অসিগী মরমদা ব্রাফম অমনীদং

দা: চোংথাম যামীনী দেবীনা ইবা 'মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মৈতৈ নুপী' কৌবা তোঙান-তোঙানবা ব্বারেং নিপানখক্লা পুনশীন্দুনা ইবা লাইরিকসি হীরম অসিদা কান্নরবা ঈ পাউ কয়া য়াওরবা খুৎই অমনি। য়াম্না লুশিনবা খুৎইদা ইবা নত্তবনিনা মীপুম তিংনা পাবদা নুংঙাইগদবা লাইরিক অমনি।

অইবীনা মণিপুরগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরকপা নাৎকী অনৌবা মশকশিংবু ইতিহাসকী লামায় ফাক্কত্তুনা খোঙ্গুল লীরি। অদুগা মখা তানা থিরকই নুপীগী থৌদাং অমসুং শক্তম। অহানবমক্তদা য়াওরিবা, অদুগা লাইরিক্কী মিংথোনসু ওইরিবা ব্বারেং 'মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মৈতৈ নুপী' অসিদা অসিগুম্বা শক্তোনশিং অসি লৈনা অমমম হাইদোকত্তুনা থিনবা হোৎনৈ। মণিপুরগী মীওই কাংলুপশিংগী শক্তম লাকপগা লোয়ননা নাৎকী মশক পুথোক্লবা থৌরাংলি। খোঙচৎ অসিদা অইবীনা থেংনরক্লিবা অমসুং পুথোরক্লিবা (অহানবা পুথোকপমক নত্ত্রবসু) ব্রাফমসিদা ঙসিগী মণিপুরগী নাৎকী শক্তমদি মনুং অমসুং মপাল অনীগী য়ানশিন্নরগা পুথোরকপা তোপ তোপ্পা অনৌবা খুৎশেম অমদি পোৎশকনি হায়বসিনি। লৌবা হৈবা হায়বসিসু কলা অমনি । লৌরুরিবা মচাকশিং অদুবু ইশাগী ওইবা মচু শংজিন্দুনা ইনৌ-নৌবা পোৎশক অমা ওইহনবা ঙম্বা হায়বসিনা অমুক্কা হেন্না চঙখোনবা কলানি। মসিনি মণিপুরগী মৈতৈ নাৎকী অনৌবা শক্তম।

মখল অসিগী য়ানরবা ব্রাফম অসিনা মাঙদা থল্লগা অইবীনা মণিপুরগী নাৎকী ইতিহাসতা মৈতৈ নুপীগী থৌদাং কয়ামুক চাউবগে হায়বদু থিরকলিবনি। মৈতৈ নুপীনা কমদৌনা থায়নদগী শক-চু শেমলকই হায়বসিমক য়াম্না নুংঙাইবা মতাং অমনি। মরুওইনা হৌজিক্কী নুপী মীরোলনা তাবদা ঙক্লগদবা ব্রাফম খরা য়াওরি। অদুবু খঙজিনবদা য়াম্না কান্নগনি। ফিজেৎ-লাকচেৎ অমদি লমচৎ-শাজৎকী মতাংদসু কাউনবগুম তৌরক্লবা, কাওফমদি থোক্তবা ব্রাফম খরা অইবীনা অপাবশিংদা নীংশিংহল্লি। মসিদসু নত্তে, মৈতৈ নুপীগী অখাঙ কনবা, শু-নোম্বা কিদবা অমসুং মথৌনা-মরিংজেল লৈবগী ব্রাফমশিংসু ইতিহাসকী পন্দুপশিংদগী খুদমগা কোন্ননা লৌখত্তুনা মীয়ামদা খঙহল্লি। ফকরোল হায়বদি এসথোটিককী মতাংদা মৈতৈ নুপীশিংগী লৈরিবা মশানা লোইনজরক্লবা লৌশিং কয়াবু ময়েক

লানা উৎপা ঙম্বসিমক দা. যামিনীগী অতোপ্পা মঙাল অমনি। নুপীগী মতাংদা ইবা মরম্না মৈতৈ নুপীশিংগী থোং-থাকপগী হৈশিংবা উৎপদা নত্তনা ইপা-ইপু হাক্তক্তগী হৌনা লৈত্তেংগী পোৎ-চৈ শাবা অমসুং ফিরিবীগী থবক হায়বদি এপ্লিক বার্ককী থবক অসি নুপীত্তনা মপুং ওইনা তৌরকই হায়বসি ময়েক লাবা খুদম চাংদম পীরদুনা পুথোকলি।

অতোপ্পা শীংথানবা য়াবা ৱারেং হীরম অমদি 'মণিপুরগী নুপী কৈথেল' হায়বসিনি। ৱারেং অসিদা মণিপুরগী ন্না কৈথেল নংত্রগা খ্বাইরম্বন অসি মতৌ করম্না ওইরকখিবগে হায়বসি অরায়বা মওংদা খঙহনবতা নত্তনা কৈথেল, শেন্দান লম্বী অমসুং য়ুম্বানবগী অৱাৎ অপা মেনবদা নুপীশিংনা লৌরিবা থৌদাং অদু নীংথিনা ইদুনা তাকলি। নুপীঙাক্তনা ফম্বা কৈথেল অমা লিরবা মতমদগী লৈরকপসি তশেংবসু মালেমগী ইতিহাসতা অতাংবা ৱাফম অমনি। অসুম্না কৈথেল ফমলিবা অসিগা অমসুং জাতিগী নুংগী ঈচেলগা মরী য়াম্না লৈনৈ। অদুনা থিজিল্লোয় অতৈনসু হীরম অসিদা মখা তানা, হেন্না কুপথনা ইরকপগী তঙাইফদবা লৈ।

কৈথেলদু মণিপুরী নুপীগী লানবন্নি অমসুং মফম অসিদগীনি মণিপুরগী অহানবা অমসুং অনীশুবা নুপী লানশিং হৌরকখিবদু। অইবীনসু ৱাফমশিং অসি মচং ওইনা মচাক মখৈ লৌখত্তুনা নীংথিনা ইরি। নুপীলালগী নুংগী অর্থ থিবগা লোয়ননা হৌজিক মতমগী মৈরা পায়বীগী ঈহৌ অসিবু অহুমশুবা নুপীলালনি হায়না লৌরিবা অসি মরম চায়। মসিদসু নত্তে, মণিপুরগী নুপীশিংনা শান্ন-খোৎনবগী মরমদা কয়ামুক খুমাং চাওশিল্লবগে হায়বদু মীশক মমিং ফাওবা লৌখত্তুনা তাকলি। তশেংবদি নীংতম্না হৌরকপা, থোইনা অফা অপুন থল্লকপা লৈখিদবা মৈতৈ নুপীশিংনা মনীংতম্না মশাগী হৈনবী, মগুন শান্নবুংদা ফুদোকপা ঙম্বদা থোইনা ঙক্লীংঙাই ওইদে। অমরোমদা ঐখোয়গী চনুরাশীংদি চীং নীংঙোল ঙাকনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। মণিপুর অসিমক চীংলৈবাক অমনি হায়বসি কাউফম থোক্তে। মরম অসিনা মশা-মউদা য়েংলুরবসু উইবা অমসুং অৱাবা খাঙবা ঙম্বগী মঙাল অদুমক য়াওজরি। ঐখোয়দা ৱাংলিবদি হেন্না অফবা অমদি মতমগা চুনবা লমজিং-লমতাক অমদি শাজেলগী খুদোংচাবা ফংহনবা অসিনি।

অমরোমদা দা যামিনীনা 'মতমগী য়াওলদা মণিপুরী নুপী' কৌবা ৱারেংদা

হৌরকঙৈগী মৈতৈ নুপীনা ঙাক্লা চৎলম্বা লমচৎ শাজৎ, ফীজেৎ-চাকচা কোমথরকবা, মাঙশিল্লকপগী নুংনাংবা উৎলিবসি মুন্না খম্থনিংঙাই ওইরি। মতমগা চুনদে হায়না খনবা য়াবা পুম্নমকতু লংশেকখ্রগা মনুংগী ওইবা অফবা মশক অদুমখৈদি ঙাক্নুনা থম্বা, মতুংইনবা য়াম্না চুমই হায়না খল্লি। মণিপুরগী নুপীশিংগী শকফম, শক্তম অমসুং সমস্যা থারকপদা অইবীনা চীংগী অমদি মুসলিম ইচল-ইচেশিংগী মতাংদা নৈনরিবা অসিসু য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। ব্বারেং অনী অসিনা মচীন্দা মৈ চুবা হৌবা হায়বদু ওইরগা হেন্না মখা তানা হীরম অসোমদা মীওই কয়ানা নৈনরকখিগনি খঞ্জে। অফবা সোসিওলিষ্টশিংগী মখৌ মতাং অসিদা দরকার লৈরি।

লাইরিক অসিনা অহৌবা ওইরবসু, মনুংচন্না নৈনহন্নীংবা, পলহন্নীংব্রা, হৌজিক মতমগী ওইনা য়াম্না মরী লৈনবা নুপীশিংগী ওইবা হীরম অতৈসু লৈত্তবা নত্তে। চুমই, হাজিরা শুরীবী নুপী শিপ্পীশিংগী ব্বাফম খরদি পনখ্রে। অদুবু মসিগী মথক্তা,মপানতাংবশিংনা নম্ফুদা শদোংগী কারবারদা শরুক য়াহল্লবা মণিপুরগী নুপীশিংগী মরাইবক কমদৌরি ? লাইনীংবনি হায়দুনা লৈব্রবা ঐখোয়গী বৈষ্ণবীশিং তীর্থস্থানশিংদা করম্না পুন্সি লেল্লী? নন-মণিপুরীশিংদা ময়ুম পানখ্রবী মণিপুরী নুপীশিংগী পুন্সিগী শক্তম কমদৌরি? মখোয় মশাগী শক্তম অমদি মণিপুরগী অপুনবা শক্তম কন্নবগী করি থৌরাং লৈরবগে নৎত্রগা পায়খৎফম থোকপগে?
- অসিনচিংবা মখা তানা কুপথনা য়েংবা য়াবা হীরম কয়াসু লৈরিবনি।

দা. যামিনী মশামক, লাইবক ফবদগী মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ব্বুইমেন্সকী চেয়রমেন ওইনা থবক পুরিবী অইবীনি। মহাক্লা ফম অসি পায়রিঙৈ মনুংশিদা থিজিনবা য়াবা কয়া থিজিল্লক্কনি অমদি সমস্যা কয়াবু লাইখাই তাহন্নবা হোৎনবা ঙম্বমখৈ হোৎনরমগনি হায়না থম্মোয়দগী শেংনা নীংজবা উৎচরি।

মাইবম চীংমাঙ — বি এস রাজকুমার

২১ মার্চ, ২০০৭

# লাইরিকসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মৈতৈনুপী হায়বা লাইরিক অসি ফোঙদ্রিঙৈদা পাদুনা নৈনরগা মোত অমা পীরক্লবগী থৌদাং অমা মনিপুর কমিসন ফোর ৱুইমেন্না শিন্নবিরকপগী মতুং ইন্না লাইরিক অসি খুৎই ওইনা পারে।

ঙসিদি নুপীগী পুন্সিগী মরমদা স্কুল, কলেজ, মহৈ তম্ফম শঙ, নৈনশঙলেন, সেমিনার ৱাকশোপ, কয়াদা নৈনরকপদা নত্তনা ইউনিভর্সিটি কয়াদা ৱুইমেন ষ্টডিজ হায়বা কোর্স লিংখৎতুনা মদুবু তম্বা মহৈরোয় কয়া থোক্লবা য়ু জি সিনা মদুবু শৌগৎলক্লিবা ৱাফম কযাসি মাঙদা থমদুনা ঙসিদি লমদমসিগী নুপীগী পুন্সিগী মতাংদা অইবা চেরোল কয়া পুথোকপগী মথৌ তারক্লি। অদুবু ফোঙদোক্লবা অইবা চেরোলদি ইরে নৈতে। মরম অসিমক্তা অহানবামক্তদা লাইরিক অসি লম অসিদা অহানবা পায়খৎপা থবক অমদি ওইরে।

লাইরিক অসিগী অহানবা তাঙ্কক অসিদা নৈনরিবসি য়েলহৌঙৈদা লেপ্লম্বা নুপীগী পুন্সিগী মতাংনি। য়াম্না শম্না নৈনরিবা মতাং খরদি মনিপুরী সমাজদা মৈতৈ নুপী, মখোযগী চৎনবী, লুহোঙ-কৈহোঙবা, হকশেল, কলাগী হৈশিংবা, কে-মৌবা, ফি শাবা লোনবা, মচু তিন্নবদা মচু তাবা লোনচৎ, থোং থাকপা, ফীজোল শেৎ চাবা, য়েৎতুমগী থবক্তা হৈ শিংবা হায়বনচিংবগী মরমদা নৈনরি। ৱাফমশিংসি কুপ্না য়েংলবসি ইউ উবা ফংবা শক্তম্নি অদুবু, অইবা ওইনা পুথোরকপদা য়েংলবদি ইনৌ নৌবা মচাক ঙাক্তনি।

নুপীলাল, মৈবা পায়বীনচিংবগী মরমদা নৈনরুরগা লাইবিক অসিদা অহুমশুবা নুপীলালগী মরমদা ইরক্লিবসি, খরগা হেন্না কুপ্না খন্থহন্নবা ৱাফম অমা অপাবশিংদা পীগনি। শান্নখোৎনবগী লমদা মনিপুর নুপীগী দান লোমদা য়েংলুববদি ভারতবর্ষগী ওইনা য়েংবদা নত্তনা মালেমসিগী ওইনা য়েংলফাওবদা লেমজনিঙাইগী মশক্তি হায়র্বসিদা করিসু যেৎননিঙাই নৈতবনি। অদুবু, মমৈগী ৱাফমসে খবর পাও-চেদা খরা অদুক ইনখিবা নত্তনা নাখৈ অমা শেংনা ইথোক্তুনা মীযাম্না খঙজিনবা য়ানবা ইথোক্লবা সাহিত্য ওইনা থম্বসিদি হন্দক্কিসিনা হাল্লি। তুংদা লাকপা অইবা অইবী কযানা খবগা হেন্না পাকথোক চাওথোক্লা ইরক্লবা ঈথীল অমা পীবর্গ্নান হাযনা লৌবা যাই।

মতমগী য়াওন্নদা মনিপুরী নুপী হায়বা মতাংসি লাইরিক অসিদা ফনা চাওনা মফম কল্লি সমাজ অসিগী শক্তমসি ইপৌ পৌনা য়েকপা উরু তারুবা, মপুক্লিং শোকখিবা মতাং কয়াদুনা মচু শঙলগা পুথোকপা লাই অমগুমই। মসিদা য়েক্লিবা শক্তমশিংসিগী মমলসু অদুম ময়ামই মরমসি ইনানা তারবা ইমীংনা উরুবা ইন্দ্রি কায়াৎতা ফাওরবা মীওই অমগী পাওদমনি হায়জিনবদি ওইররোই। অদুবু, মনিপুরী নুপীগী কৈথেল হায়বসিগী মতাংসিদি মিংথোন অসিগী মখাদা ইরকপা লাইরিকসিগী মনুং চানফাৎতে হায়না লৌবসু য়াই। অদুবু চানৈ হায়না লৌবসু য়াবা অমসি কৈথেল হায়বসি লমদমসিদদি নুপীগী কৈথেলনি অমদি নুপীগী পুন্সিগী শরুক অমনি অদুনা মনিপুরী সংস্কৃতি থাবদা কৈথেলগী শক্তম থাবসু ইচা চানদবদি নত্তে।

মিংথোন অসিগী মখাদা ইরিবা লাইরিক অসিদা চীংমী অমদি মুসলিম নুপীগী মতাং খরা হাপ্লকপসি চীখবা য়াদবা মতাংনি। খরগবু পাক চাওনা নৈনহন্নিংই।

লাইরিক অসি ফোঙলবদি লমদমসিগী নুপীগী পুন্সি, সংস্কৃতি অমদি সমাজদা লৈরিবা নুপীগী থাক্কী মরমদা খঙহনবা অমদি খলহনবা ঙম্বা লাইরিক অমদি ওইবা য়াগনি। মখা তানা থিজিন হৃমজিন তৌনীংবা মীওই কয়ানা তুংদা খরগা পাকথোক চাওথোকহন্না নৈনরক্লবা ঈথিল অমসু পীবা ঙমগনি। মসিবু পারুবা মীওইশিংদা লমদমসিগী নুপীশিংগী শক্তম খরা মখৈ খঙবসু ঙমগনি।

লাইরিক অসিগী প্রীফেসতা ইরিবসি পারুবদা খঙবা ঙমইবসি মরু ওইবা চেরোল ওইনা থম্লবা পান্দমদা নুপীগী পুন্সিগী মরমদা লাইরিক অসি ইবনি হায়রি। পান্দমশিংসি ফনা নীংথিনা ফংলে হায়নীংই। লাইরিক অসি মৈতৈলোন্দা ফোঙবদা নত্তনা মপান লমদমগী মীওইশিংদসু নুপীগী মশক তাক্লবা ইংলিস লোন্দা ইথোক্লুনা ফোঙদোকপসু কান্নগনি।

কৈশামথোং — দাঃ চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

১/৩/২০০৭

# য়াওফম তাকপা



*****

# (১)

## মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মৈতৈ নুপী

মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঈচেলদি অঙনবা মতমদগী হৌরদুনা তোপ তোপ্পা শক্রোন অমদা মতিক মঙাল লৈনা চেষ্লরক্লি। *চৈথারোল কুম্বাবনদি* মাগী ঈচেল অসিবু নোংদা লাইরেল পাখংবনা মণিপুরদা পানবা মতম খৃষ্ট কুমজা ৩৩ দগী হৌনা লাচল্লি। অঙনবা মতমগী অইবা ইতিহাস লৈত্রগসু জাতি কয়া অমগীসু মখোয়গী হৌরকফমগী মতম লেপ্লসি মমাংঙৈদা মীশিংদুনা নূংদা, যুম্বীমখোঙদা হক্কুনা, য়েক্কুনা থনম্বা কয়া, মখোয়গী আদর্শ, ফিদ্দম কয়াগা মরী লৈনহন্দুনা ওইথোকই। মীরোল কয়া চিনথাং য়ৈদুনা চত্থরকপা শৈশক শৈদা লাইনিং লাইশোলনচিংবদগীসু সংস্কৃতিগী মশক খরগী মখৈদি খঙনরি। মসিমক মণিপুরী সংস্কৃতিগী মতাংদসু অদুমক অচুম্বা ওইরি ।

মণিপুরদি ভারতকী নোংপোক চিদাইদা, চীংনা কোয়শিন্দুনা লৈবা, প্রকৃতিগী ফজবনা পূক্লিং হুবা অপীকপা লমদমনি। লৈশক লৈচু কয়ানা পরেং অমত্তদা লেংবা লৈপরেংগুম লমদম অসিদা মৈতৈ, চীংমী অমসুং ত্রাইব কয়ানা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরক্লি। কাংলুপ পুম্নমক্লা মণিপুরী সংস্কৃতিদা মানা মানা ঙমজবা খুদোল তমদুনা লাক্লি।

ৱারেং অসিদদি মণিপুরী সংস্কৃতি হায়বসি মণিপুর তম্পাক্কী লমদমদা খুন্দারিবা মশীং য়াম্বা কাংলুপ ওইরিবা মৈতৈগী সংস্কৃতিবু মপুং ওইনা লৌখৎলগা নৈনজবনি।

মৈতৈ জাতি (ফুরুপ) শলাই তরেৎ : নিংথৌজা, খাব-ঙানব, চেংলৈ, অঙোম, খুমন, লুৱাং অমসুং মোইরাং হায়বসিনা পূনশিন্দুনা শেমখিবনি। মৈতৈগী (মণিপুরী) সংস্কৃতি, শলাই তরেৎকী হৌরকফমনচিংবগী মতাংদা চপচানা খঙবদি লুই। মতাং অসিদা থমজরিবা ৱাফম খরসিদি মশক খঙনবগী মায়কৈদা থিজিনবগী তেল্লবা পাউদম অমত্তনি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী মশক লেপ্লদা, মৈতৈগী পুক্সি মরেল, মখোয়গী পুক্সিগী ফিদম, আদর্শ, ধর্ম্ম, চৎনলোল মখোয়না মীওইবগী পুক্সিবু, বিশ্বজগৎপু য়েংবা মিৎয়েং, মীশিংনা শুরি নোমলিবা কয়াবু নৈনরগা চত্থবনি।

নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগী মৈতৈ হায়দুনা শলাই তরেৎনা পূনশিল্লগা শেমখিবা ফুরুপ অসিগী হৌরকফম চপচানা খণ্ডদ্রগসু মখোয় অসি টিবেত অমসুং চাইনাগা মরী লৈনবা ইন্দো মোঙ্গোলোইদনি হায়বসিদি ময়াম্না য়ান্নরবা বাফম্নি। মখোয়গী মশাগী লাইনিং লম্বীদি সনামহী পাখংবা শিদবা মপুবু নিংজবনি। মখোয়গী লোলনা টিবেতো বরমন কাংলুপকী মনুং চল্লি। মখোয় মশাগী ওইবা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা লাইরিক পুয়া, সাহিত্য য়াম্না ইনাক খুন্না লৈবা জাতিনি।

মতমগী য়াওলগা লোয়ননা মপালগী লমদগী মীওই কাংলুপ কয়ানা মথং মথং চণ্ডশিল্লক্নুনা মনিপুরদা খুন্দারখি। মণিপুরগী ইতিহাস ইবা রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহনা মোত পীরি। খৃষ্ট কুমজা মরীশুবা চহীচাদদি মণিপুরদা ব্রাহ্মণশিং লাক্নুনা লৈবা হৌব্রে। খৃ: ৪০০ দদি মণিপুরীশিংদা পুরানগী লাই শিব, দূর্গা, গনেশকী প্রভাব লৈব্রে। খৃষ্ট চহীচা ১৫, ১৬, ১৭ তদি বরমীজগী সানশিংনা মণিপুরদা থোমজিল্লকখি। মখোয়না মণিপুরগী সংস্কৃতিদা অকনবা শাফু পীবা হৌরকখি। মদুগী খুদম অমতং পীরবদা-

খৃ: ১৪৭০ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা মহাক্না পোংনিংথৌগা খুৎশম্নদুনা সানশিংবু লাকশিনবা ঙমখি। পোংশিংগা মণিপুরগা মরী লৈনবা হৌরকখি। পোং নিংথৌনা মণিপুরগী নিংথৌদা ধাতুনা



পোং নিংথৌনা পীরম্বা বিষ্ণু মূৰ্ত্তি

শাবা বিষ্ণুগী মূৰ্ত্তি অমা খুদোল তমলকখি। অদুনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা ধৰ্ম্মগী মায়কৈদা য়াওল অমা পুরকপগী মরু হুনখি। মণিপুরগী নিংথৌনা হিন্দু ধৰ্ম্ম লৌবা নত্রবসু বিষ্ণু লাৎপদি হৌরে। ক্যাম্বনা, তুংদা পাল্লকপা নিংথৌশিংনা মথং মথং বিষ্ণু মূৰ্ত্তিবু লাৎচদুনা ঙসি ফাওবদসু অদুম চত্থরি। মসিনা বৌদ্ধ ধৰ্ম্ম, সনামহি লাইনিং বৈষ্ণব

ধর্ম্মগা তিন্ন তোৎনদুনা মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঈচেল অমা চেন্থরকপা হৌই হায়বদা হায়মনবা থোকলোই।

মণিপুরগী নিংথৌ চরাইরোংবা পামহৈবা (১৬৯৭-১৭০৯) না পানবা মতমদা নিংথৌনা নিমান্দি ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌবা অসিনা মৈতৈশিংনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চঙশিনবগী অহানবা খোঙথাংনি। চরাইরোংবগী মচাইবুংঙো গরীবনিৱাজ/গোপাল সিংহনা (১৭০৯-১৭৪৮) মপাবুংবু খৃ: ১৭০৯ দা মহুৎ শিলহৌরবা মতুংদা মহাক মশামক্তা লোয়ননা মীওই কয়াসু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চংশিনখি। মহাক্তা হান্না চৎনরম্বা মৈতৈশিংগী লাইনিং লাইশোল পূম্বা মুথৎলগা প্রজাবু নমদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎহনখি। মৈতৈগী পুয়া কয়াসু মৈ থাদোকখি।

গরীবনিৱাজগী মশুইবুংঙো (চিংথংখোম্বা) ভাগ্যচন্দ্র (১৭৫৯-১৭৯৮) না পানবা মতমদদি মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি য়াম্না মরা চেৎশলহল্লে। নিংথৌ অসিনা মৈতৈগী হান্না চৎনরম্বা ধর্ম্মসু অদুম য়োকখৎলি। নিংথৌ অসিনা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌই। শ্রীমদভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়দা য়ুম্ফম ওইরগা মণিপুরদা রাসলীলা জগোই হৌদোক্লুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলি। মণিপুরগী ইহান হানবা নৃত্যগী ওইবা সংকীর্ত্তণ পালা-রাসেশ্বরী পালা হৌদোক্লুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌহল্লি। নিংথৌ অসিগী সনা হাকতক্তা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী লমদা য়াম্না খুমাং চাওশিলহল্লমই। নট সংকীর্ত্তণনা শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবাদা নীংথিনা শরুক য়ানবা পালা লোয়শঙ লিংখৎলি। নীতি নিয়ম কয়া শেমগৎলি। কলাকার কয়া, ঈশৈ শকপা, পূং য়ৈবা কয়াসু শেমগৎলি। কার্ত্তা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবা অসি ধর্ম্মগী ওইবা লাই লাৎপগী ঙাক্তা নত্তে। শ্রীগোবিন্দনা য়ায়দা নৈরগা মাগী অকোয়বদা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মচাকশিং পূং ঈশৈ, জগোইনচিংবা কলাশিং মথং মথং চাওখৎলকই। অদুবু খৃ: ১৮১৯ দা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবুংঙো মারজিৎনা পানবা মতমদদি মণিপুরী সংস্কৃতিগী মরায় চায়থবা তাঞ্জা অমা থোকখি। মসিগী মরমদি নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা অৱানা লান্দারকপদগী মণিপুরনা মায়থিবা ফংদুনা চহী তরেৎ খুন্তাকপা থোকখিবদগীনি। গম্ভীরসিংহ না (১৮২৫-১৮৩৪) পানবা মতমদা মণিপুরী সংস্কৃতিদা নৌনা অমুক ঈশিং চাইবা হৌখি। মহাক্তা খৃ: ১৮২৪ দা মণিপুরবু অমুক নীংতমহল্লবদা ধর্ম্মগী মায়কৈদা নৌনা ঈনোৎ হাপকৎলকখি। মহাক্কী মতমদসু মণিপুরদা ব্রাহ্মণশিংনা লাকপা লেপখিদে। নিংথৌ অসিনা পুরিগী পান্দাশিংগী মতেং লৌদুনা খৃ: ১৯৩২ দা জগন্নাথ, বলভদ্র, সুভদ্রাগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌদুনা মণিপুরদা লাৎপা হৌদোকই।

মথং মথং পানখিবা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিবু চাওখৎনবা অমসুং হেন্না মপূং ফাহন্নবা হোৎনরমই হায়বগী প্রমান ফংই। খৃ : ১৮২৫ দা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রনা মহাক্কী মতমদা মণিপুরদা খুবাক ঈশৈ শকপা হৌদোকই। শ্রী গোবিন্দগী ঝুলোন যাত্রা কৎপা হৌদোকই। নরসিংহ মহারাজনা (১৮৪৪-১৮৫০) নুপীগী সংকীর্ত্তন পালা অমা লিংখৎতুনা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী শ্রাদ্ধদা পালা অদু শকহল্লি। পালা অদুনা শ্রীগোবিন্দগী জলকেলিগী উপলক্ষদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌবদগী পালা অদুবু জলকেলি পালা হায়না খঙনদুনা চহী খুদিংগী ঙসি ফাওবদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌরি।



শ্রী শ্রী গোবিন্দগী মান্দবতা পাংথোকপা বাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তনগী শক্তম অমা

মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা (১৮৩৪-১৮৪৪, ১৮৫০-১৮৮৬) পানবা মতমদদি মণিপুরদা নোংচুপকী শিক্ষা শন্দোকপা হৌরে। মণিপুরদা ইংলিস স্কুল অনী খৃ:১৮৩৭ তা অমা, খৃ : ১৮৭২ দা অমা লিংখৎপনি। মদু মহৈ য়ানখিদ্রবসু খৃ:১৮৯৫ দা সার জেমস জোনষ্টোননা নিংথৌগী অয়াবা লৌদুনা হৌজিক লৈবিবা জোনষ্টোন হায়াব সেকেন্দর্বি স্কুল অসি লিংখৎপনি। নোংচুপকী শিক্ষানা মীশিংগী ব্রাখল্লোন্দা খুদোল কয়াসু হাপচিল্লকই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মণিপুরগী মশান্না শগোল কাংজৈবু য়াম্না নীংথিনা য়োকখৎলমই। মশান্না অসিমক্তি খাগেম্বা মহারাজগী (১৫৯৭-১৬৫২) মতমদা হৌদোকপনি। হিন্দু ধর্ম্মগী দূর্গাপূজা তৌবা, মনোহরশাই কীর্ত্তন, নগর কীর্ত্তন শকপনচিংবসিসু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা হৌদোকপনি। শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা হৌজিক লাৎলিবা বলরাম কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অসিসু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নিরূপন তৌবনি।

নরসিংহগী মগুইবুংঙো চুরাচান্দ সিংহ (১৮৯১-১৯৪১) গী মতমদদি বৃটিশ সরকারনা মণিপুরদা খূৎ থিংজিনবা হৌরে। খৃ : ১৮৯১ দা খোংজোম লান্দা মণিপুরনা বৃটিশকী মখুত্তা মায়থিরবদা মণিপুরগী নিংতম্বগী নুমিৎ তাখিবনি। খৃ : ১৯৪৮ দা নীংতম্বা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইনা ভারত্তা মণিপুর তিনশিনখি। মতৌ অসুম্না চহী কয়া অসিদা জাতি কয়াগা শম্নরকপা, তিন্নতোংনরকপদগী মখোয়গী রাখল্লোন, চংনবী, ব্যবহার, ধর্ম্মগী লাইনীং লাইশোলনচিংবা কয়া মণিপুরী সংস্কৃতিগা য়াম্থোক য়ানশিন তৌরকখি। হিন্দুগী পুরান, বৌদ্ধধর্ম্ম তান্ত্রিকী প্রভাবসু মণিপুরী সংস্কৃতিদা চঙশিল্লকখি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী মরল ওইরিবা জগোই ঈশৈ, থাঙ-তা, শান্ন-খোংনবনা অপূনবা ভাবতকী সংস্কৃতিদসু খূদোল তমদুনা লৌথোক লৌশিন তৌবা হৌবকখি। অসুম্না চেম্থবকখিবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঈচেলদা অকা অকুম কয়াসু মায়োক্লবকখি। অপাম্বা পামদবা, নিংবা থুংবা থুংদবা থৌদোক রাথোক কযাগা লোয়ননা সংস্কৃতিগী ঈচের্লদি লেপ্তুনা চেম্থবকই। অদুগা অতৈগী ইথিলনা, শাফুনা নাথৈদুনা পুখিবদি ঙমদে। অদুগী মহুত্তা মায়োক্লরকখিবা, তেমশিংনরকখিবা ঈথক ইরৈ কয়াদুদগী মরেক মহাও, রস কযাবু চুপশিল্লগা, মশাগী শক-চু লোকলগা মাগী ঈচেল শক্তম হেন্না ময়েক লানা চেম্থরকই। অসিনি তোপ তোপ্পা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মগুণ।

মণিপুরী সংস্কৃতিনা মতৌ করম্না মশাগী শকচু শেম্বগে হায়বগী খুদম অমতং য়েংসি। মণিপুরদা হিন্দুগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অকনবা প্রভাব চঙশিল্লকলবদা মণিপুর তম্পাক্কী মৈতৈশিং হিন্দু ওল্লে। লাইগী পূজা-লংজাদা বেদগী মন্ত্র শোনবা চংনরে। অদুগা লোয়ননা মীশিংনা মাগী মাগী যূমদা সনামহিগী খুভম থমদুনা হৈকৎ লৈকৎ অদুমক পাংথোকই। শাগৈগী অপোকপা খুরুম্বা/চাক্লোন কৎপা অদুম পাংথোকই। সংকীর্ত্তণনা মহাযজ্ঞগী মশক লৌদুনা লুহোংবগী থৌরম পাংথোক্লরবসু মমাংঙৈদগী চংনরকপা লুহোংবদা মিতম ঙা থাবগী চংনবীসু অদুম ময়াওই। লুহোংবদা শাগৈ অনীগী লাই, লমগী লাই, মায়কৈ ঙাকপা লাইগী হৈকৎ লৈকৎ তম্নরি। অঙাং পোকপগী ষষ্ঠী পূজাদা ব্রাহ্মণনা মন্ত্র শোন্দুনা ষষ্ঠীদেবীদা পূজা কৎলবসু মাইবীনা ইপান থাবগী থৌরম পাঙথোকই।

অসুম্না মতমগী, ইতিহাসকী য়াওলদা সংস্কৃতিগী লৈরোন কয়া পৈখৎখ্রবা মরক্তগী মণিপুরী সংস্কৃতি হায়দুনা ঙসিগী ওইরিবা শক্তম অসি লৌরক্লিবনি। অদুগী শক্লোন অদু মালেমনা ঙসি লাইহরাওবা, পেনাগী শৈশক চৈচিং, খুনুং ঈশৈ, থাবল চোংবী, শগোলকাংজৈ, কাং শান্নবা, মুক্না কাংজৈ মশান্নদা, জগোই রাসতা, রাসকী

পোৎলোইদা, পুয়া, সাহিত্য, ফিজেৎ ফিজোলদা উবা ফংলি। ঙসিগী মণিপুরী সংস্কৃতিগী ফিভম অসি ওইরক্লবা হোৎনবদা মীওই কয়ানা, নিংথৌশিংনা, অইবশিংনা, ওঝাগুরুশিংনা কায়াৎ কয়া হাপচিন্দুনা খোঙফম চেৎনা ঙাক্লুনা থল্লি। ঝারেং অসিগী পান্দমদি মণিপুবী সংস্কৃতিগা মৈতৈনুপীগা লৈনবা মরী অদু থিবনি।

মণিপুরী সংস্কৃতিদা মৈতৈনুপীগী মফম, খূদোল করিনো হায়না নৈনবা তাবদা সংস্কৃতি হায়বসিগী ঝাহম্বোক হান্না খন্নবা চুমগনি। মরমদি সংস্কৃতি হায়রগা অয়াম্বা মীশিংনদি জগোই ঈশৈ, ফিজেৎ ফিজোল অসিতবু মক ওইনা লৌনৈ। অদুবু সংস্কৃতি হায়বসিনা কোনশিল্লিবা লমদি ওম্বোক্লা পাক চাউম্রে। এনসাইক্লোপেদিয়া অফ সোসিয়েল সাইনসেসতা কলচর (সংস্কৃতি) গী ঝাহম্বোক (ডিফিনিসন) ৭৬ পীবি। তোঙান তোঙানবা স্কোলারশিং অদুনা পীবিবা ঝাহম্বোকশিং অদু নৈনবদগী খঙবদি সংস্কৃতি হায়বসি মীওই কাংলুপ অদুগী ঝাখল্লোন, ভেল্যু, শেৎলিবা ফিজোল, চাবিবা চিঞাক, চাক-ইঙ্খাং, অকে অমৌগী পোৎলম, ধর্ম্ম, কলা, আইন, চৎনলোল, ব্যবহার, যুমলৈকৈবৈ, হরাও কুম্মৈনচিংবা কয়াদু মীরোল কয়াদা মথং মথং থাংথবকপা সোসিয়েল হেবিটেজ অদুনি। শম্না হাযববদা ফুকপ অদুগী তোপ তোপ্পা পুন্সি মরেল অদুনি হায়বা তাই।

ঝাবেং অসিদা মণিপুবী সংস্কৃতিগী লমদা মৈতৈনুপীনা খূদোল তম্বগী মতাংদা হিবমশুনা নৈনবগী ওইথোকপা লৈবা নত্তে। মবমদি মৈতৈনুপীশিংনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা তম্বা খূদোলদি শীংথাদুনা লোইরোই। শকনাইবা নুপী অমা ওইনা নত্ত্রগা অপূনবগী ওইনা লৈঙাক সাসন্দা, নাওযোক ফজবদা মশক নাইনা মৈতৈনুপীগী মফম চাউনা কন্দুনা লৈ। জগোই ঈশৈগী লম অসিদদি মৈতৈনুপীদি পীথোরকপা মগুণ লৈবনা হেন্দোক থোইদোকনা মখোযনা খূদোল তমই। হিরম অসিদদি অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়ানা মৈতৈ নুপীশিংনা তম্বা খূদোলশিং নৈনখরে। অসি নত্তবা মায়কৈ খরদা মৈতৈনুপীশিংগা মণিপুবী সংস্কৃতিগা লৈনবা মবীদু লৌখৎচগে।

হৌজিক অসিদি বিজ্ঞানগী যুগনি। বিজ্ঞাননা শৌগৎপা ঝাফমশিং অদুতবু য়োকখৎনরক্লি। থাযনগী চৎনবী থাজনবী কয়া হোংলক্লি। চখোক চৎশিনগী খুদোংচাবা হেনগৎলকপদগী তোঙান তোঙানবা জাতিগী মীওই কয়াগা তিন্ন তোৎনবগী খুদোং চাবা লৈবকই। অদুনা মবম ওইদুনা ফিজেৎ চাকচাদা অহোংবা কয়া লাক্লি। খুদম ওইনা, মণিপুবী সংস্কৃতিদদি নুপীনা শমশাংবা হাযবসি ফজবনি হায়না লৌনৈ। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি নুপীনা শম তেন্না ককপা চৎনবে। ফনেক শেৎপগী মহুত্তা খোংগ্রাও,

মেদি, মেক্সি, শালবাব শেৎনবে। ফিজেৎকা লোয়ননা চিঞ্জাকতসু অহোংবা য়াম্না লাক্রে। পুম্নমক অসিনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা অকনবা শাফু পীবক্নি । নাৎকী হান্নগী শক্তমদ পুম্মাও মাঙখ্রগদ্রা হায়বগী অকিবা পোকলক্নি। অদুনা তুংদা হৌবক্নিবা মীবোলনা মণিপুরী নুপীগী শক্তম, মখোয়না শেৎন চানবম্বা মওংনচিংবা মবমদা খণ্ডজিনবা হায়বসি য়াম্না মকওইবকই।

## মণিপুরী সমাজদা মৈতৈনুপী

মৈতৈনুপীদি সমাজগী থবক থৌবমদা অথিংবা য়াওদনা মীয়াম মমাংদা থোক্তুনা মপৃংফানা শরুক য়াই। ভাবতকী মফম অতৈদা নুপীবু পর্দাগী মকুমদা লোৎশিন্দুনা থম্বা অদুগুম্না মণিপুবগী সমাজদদি চৎনদে। মৈতৈদি খুৎনা থবক শুনোম্বা কাংলুপনি। লাইববা ইনাকখুনবা খাযদনা নুপীশিংদি ফিশা লোনশা



মৈতৈ নুপীমচাশিং

তৌদুনা, থবক শূ-নোমদুনা, কৈথেলদা ললোল ইতিক তৌদুনা পুন্সিগী থৌদাং পাঙথোক্লবা ঙাকনি। ফনেক লোনবা, ফিশাবা মৈতৈ নুপীগী তঙাইফদনা হৈতবা যাদবা মশিননি। যোন্নবগী নক্তবসু ইমুংগী মীনা শেৎন-ইন্নবা, ফমুং ফানুংগী ফিমখৈদি নুপীতনা ইগোংদা নক্তগা খ্বাংদা শাদুনা শীজিন্নবমই। অদুননি মৈতৈনুপীগী লুহোংবদা

তওৎ, তমং, তরেং তেমনচিংবা ফি শাবদা চংবা পোৎলমশিংবু অউনপোৎ ওইনা পীনরম্বসি।

সমাজদা মনীংতম্না থবক শূনোম্বা, চখোক চৎশিন তৌবা মরম্না অশেংবা নুংশিৎ, নুংশা মঙাল ফংদুনা মৈতৈনুপীদি নাওশোন্নদে। মখোয়দি ঈ থাংনা ফজে। কেপটেন ই দবলিয়ু দননা *গেজিটিয়র অফ মণিপুরদা* মৈতৈগী শক্তম থারকপদু নীংশিংবা য়াই। মণিপুরীগী মায়থোঙদি মোঙ্গোলিয়ান শক্তা ওইরগসু মখোয়গী মরক্তা থোইদোক্লা ফজবা য়াম্না য়াওই। নুপীশিংগী মরক্তা মনাতোন ৱাংবা, মখজাই ঙাংলি ঙাংলিবা, মমীৎ ৱাউথাংনবা য়াওই। মখোয়সি মশানোয়বা মী নত্তে। মখোয়না মখোয়গী ময়ূম মকে য়াম্না নান্না থমই।

অতৈ মীওই কয়ানসু ইরম্মী মদুদি ভারতকী নুপীশিংগী মরক্তা শেংনা অমসুং মহৌশাগী ফজবা লৈবদি মৈতৈনুপীতনি। ধর্ম্ম চেনবী, লান্দা থৌবী, লৈঙাক শাশন হৈবী মৈতৈনুপী কয়া লৈপ্রি। নীংশিংবা য়াই রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা শিজলাইওইবী। মহাক অধ্যাত্মিক্কী লমদা চংদুনা ঈশ্বরবু নীংবদা রাজষ্ঠানগী মীরাবাইগুম্বীনি। মহাকপু মণিপুরগী মীরাবাই কৌনরিবনি। থৌনা ফবী লিম্ফোইঙম্বী, লৌশিংলৈবী কুরঙ্গনয়নী, হৈথোই শিংদোইবদা, লমচৎ ব্যবহার খঙবদা মোইরাংথোইবীনচিংবসি মৈতৈনুপীগী শক্লোন খরনি।

## মৈতৈ নুপীগী লমচৎ

মীওইবগী খ্বাইদগী ফজবা লন্দি লমচৎ ফজবনি হায়নরি। মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা ঙান্দুনা লৈহৌরগদবা লমচৎ ফজবা হায়বা গুণ অসিদি মীওইবনা মীহৌনরিবনি। ভারতকী অতৈ লমদা নুপীবু পর্দাগী মরুমদা লৈহল্লিবসি লমচৎ মাঙথরক্কদবদগী ঙাকথোক্লবসুনি হায়নৈ । মৈতৈনুপীদি মায়খুম শীজিন্নদনা, অফা অপুন য়াওদনা সমাজগী থবক থৌরমদা শরুক য়ারিবীনি। লৌবুক্তা কুমদুনা, চীংদা কাদুনা, খুঙ্গংদা চৎতুনা থবক ইনখাং শূরিবীনি, লল্লোল ইতিক তৌরিবনি। অদুবু মখোয়গী লমচৎতা অমকপা লৈতে।

য়ূমদা মনেম, মকুগী মপুরোইবগী সেবা নীংথিনা তৌই। মথক থোংবা অহল লম্মন্দা নোল্লুকনা ব্যাবহাব তৌনা চৎলি। থকসি খাসি লৈবা, হায়বা ইনবা, গুণশিং অসিনা লৈতেংবনি মখোয়দি। হৌবকলিবা অঙাংশিং, মচামশূবু নীংথিনা লুনা চান্না নাউকোনবী, সমাজবু ঙাক শেল্লিবী মৈতৈ নুপীনি।

লুহোং খোংদোংবগী মতাংদসু মখোয়না মমা মপাগী য়াথং ঙাক্তুনা পাঙথোকনৈ। মৈতৈ নাংকী ওইবা মওংদা লুহোংবগী মতাং অসিদা খরদংগা মচা খায়না পঞ্জনিংই।

## মৈতৈগী নুপীগী লুহোংবা



লুহোংবগী ফিজোলদা
মৈতৈ নুপী

মৈতৈগী চংনবীদদি মমাংঙৈগী মতমদদি নুপীবু হায়নশীংনদুনা লুহোংবা পাঙথোকনৈ। নুপাদুগা নুপীদুগা মশা মশানা য়ানদুনা লৌন লৈনবসি য়াম্না তাঙনা থোকলমই। অদুওইনমক মশা মশানা য়ানদুনা চেল্লগা য়ুম্বান্নদুনা লৈম্নিন্নখ্রবদি তুংদা "লৌখৎপা" হায়দুনা অহল লম্মন, শাগৈ নাতৈনা অয়াবা পীবগী থৌবম অমা পাঙথোকনৈ। অদুম ওইনমক লুহোংবগী হৌনবী থৌরম হৈজিং খরাই পুবগী শক্তক য়াওখিদবা মশাম্না নুপী অদু ধর্ম্মগী লাইগী ওইবা থবক থৌরমদা হাকথেংননা থৌদাং লৌবা য়াহন্দে। অদুগুম্বা নুপী অদুনা লুহোংবগী যাত্রা পুবা য়াহন্দে। নুপী অদুবু হৈনাই শুংনাইদবীনি হায়দুনা মানা পোকপা মচানুপাদা শাগৈগী "পিবা" ফম লাম্থোক্লদে। মচানুপাদুবু লাইগী চাকলোন কংপদা লাইগী পোৎচৈ শোকহন্দে। হায়নশিংনদুনা লুহোংলবসু নুপীদুনা মচানুপা হান্না পোকপা নত্তবদি মহাকসু লুহোংবগী যাত্রা পুবা য়াদে হায়বা লৈ। মসিনি লুহোংবগা মরী লৈননা মণিপুরী সংস্কৃতিনা নুপীশিংদা পীরিবা ফিদা। লুহোংবগী মতাংদা নুপীশিংনা অসুম্না তৌগদবনি, অসুম্না তৌবা য়াদে হায়বা লৈরগসু লৌন লৈনবগী, নুপা নুপী খাইনবগী মতাংদা য়াম্না চেৎপা নীতি নিয়মদি লৈতে। অদুনা নুপীশিংদা চৈথেং ফংহনবসু হেক হেক থোক্তবা নত্তে। নুপা অদুনা মাগী নুপী লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংবসু সমাজনা অয়াবা পী। মৈতৈগী সংস্কৃতিদা নুপী লোনবগী চংনবী লৈ। মমাংঙৈদা নিংথৌনা, ফমনাইবা অঙম অথৌশিংনা মানা লৌবা নুপী মশীং য়াম্ববু ষ্টেটস সিম্বোল ওইনা লৌনরমই।

ভারতকী মফম খরদদি নুপীশিংনা লুখ্রা ওইরবদা য়াম্না ৱানা পুন্সি লেনবা য়াওই। মখোয়না হিংনবগী উপায় থিবদা লমচৎ মাঙবগী থবক তৌবসু য়াওরি। অদুবু

মৈতৈ নুপীদি লুখ্রা ওইরবসু থবক কন্না শূনোমদুনা মচামশূবু নীংথিনা মহে মশীং তমহন্দুনা মতীকচাবা মীওই ওইহন্নবা শেম্নীবা ঙমই হায়বসি ময়াম্না খঙনরি, উনরিবনি।

**লূবা নানবা, মচুতাবা (এসথেটিকস) কী লমদা মৈতৈনুপী**

মৈতৈনুপীদি লাইবজবতনি, কেবা হৈবী, ফজবা মশক খঙবী মশাদা মচুগী বিচার লৈবনি হায়না অখঙ অহৈশিংনা হায়নরিবনি। নুপীশিংনা তৌথোরকপা থবক্তা, শেত্তোক চাথোরকপদা, অকে অমৌদা হায়নরিবদু ময়েকলানা অদুমক উবা ফংই।

মমাংঙৈগী মতমদদি হৌজিক্কী মতমদা শীজিন্নরিবা শকচু শেম্নবা পাউদর, লিপষ্টিক, শম লুথোক্কবা শেমপু, হকচাং সাবোন লৈরম্বা নত্তে। অদুবু অসিগুম্বা পোৎলমশিং অসি ফংদ্রিঙৈসু মৈতৈ নুপীনা চমোৎ চমোৎনা লৈরম্বা নত্তে। মখোয়না মখোয়গী মশম মনা লুথোকপা, শম শেম্বগী মওংদি তোপ তোপ্পনি।

নুপীশিংনা মবমদমদা ফংবা মহৌশা লাইবেম্বীনা খুদোল তম্বীরিবা হৈপাল লৈপালশিংদগী মনম নুংশিবা খল্লগা হেক্তুনা চেংহি ময়ালগা চেংহিগা ফুৎলগা মশম লুথোকই। চেংহি ফুৎপদা শীজিন্নরিবা ময়ালদি চরোৎ মবা, য়েনশিল, শংব্রৈমনা, লৈবাক কোনদোল, খোংজাই নাপী, খামেল্লা মনা, করপুব মনা, হনুবৈ মনা, চম্প্রা সোলোম মনানচিংবা অসিনি। কুম্মৌ ফিয়োং, লুহোং খোংদোংবা চৎকদবা ওইববদি নোংমা ব্রাৎলিঙৈদগী হৌনা চেংহি ময়াল থিরুদুনা নীংথিনা চেংহি ফুৎলি। চেংহিদু চুমথোক্লগা শমদা নাল্ল নাল্লদুনা নীংথিজনা লুথোকই। মসিনা কোক্কী শম ফজহল্লি, শমখোঙ লূহল্লি, মনম নুংশিহল্লি। চেংহি মনমগী নুংশিবদি হৌজিক মতমগী মমল যাল্লবা পাবফ্যুমনা কবি তৌরুগনি !চেংহি মনম চেল্লবা শম অদু কংহল্লগা খুৎনা শুম্বা থোইদিং থাও তৈদুনা মনাম তাহল্লি। মৈতৈগীদি শম ফাবা চৎনদে। মৈতৈ নুপী অয়াম্বা শম শাংই। মৈতৈ নুপীশিংনা পোক হৌদ্রিবা অসিসু চেংহি লুজবা অসিনা মবম অমনি থাজনৈ ।

**কেবা মৌবা শক শেম্বগী মতাংদা মৈতৈনুপী**

নুপীনা চৎথোকলমদাইদা শম হাৎপা, শম শেম্বা মওংসু তোপ তোপই। চেংহি লুথোক্লবা শমদা থাও তৈদুনা শৃৎনান্না হাৎলবা তুংদা নুপী শম্বুল লৈখৎতুনা পুল্লি। ঈশৈ নোংমাই য়াওবা চৎপগী, লাইহবাওবদা শরুক য়ানবগীদমক লৈমসীজশিংনা কেবদা শমশেম্বসি য়াম্না মক ওই। নুপী অনী চঙনা শম্বুল পুল্লিবনি। মাঙদা মিংশেল অচৌবা খিন্দুনা তুংলোমদা মিংশেল মচা অমা খান্দুনা শম্বুল মওং তাবব্রা হায়দুনা চেপথ চেপথ যেংলিবনি। শম পুল্লগা শমজিবৈ থেৎলি। মনম নুংশিবা লৈনা নাচোম

শেমই, শমজিরৈ শেমই। তখেল্লে, চিগোংলে, শংব্রে মনানা শেন্বা নাচোমনা নাপদা, পোমলি পোমলিবা জাতি কুপ্পিনা শেন্বা শমজিরৈনা শমজিদা থেংপা অসি মৈতৈনুপীগী কেবগী শক্তম অমনি। লৈশাবীনা শাইনোনদা লৈহাও, চিনিচম্পা অমতং শমদা য়াম্বুহন্দুনা চিনবা ফজে হায়না য়াম্না পামনৈ।

মৈতৈনুপীগী ফজবগী ৱাখল বিচারদি অতৈগীদগী তোঙাল্লি। শমদা, নাদা লৈ চিনবদা মনম নুংশিদবা, তচাও তচাওবা লৈ চিন্নদে। মনম নুংশিবা মগুণ চেনবা লৈতমক খন্দুনা লাইদা কৎলি, লৈতেংগীদমক শীজিন্নে। শেৎন ইন্নবা ফিরোল ফিরুক নুংদা উথম্বাল, চিনি চম্পা, নাগেশ্বর, কেতুকীনচিংবা লৈগা লোয়ননা হাপ্পুনা থমই। ফিরোলদু শেংপা ইনবদা মনম নুংশিনবনি। মসিমক মৈতৈনুপীগী তোপ তোপ্পা এসথেটিক সেন্সনি। মতাং মতমচানা করি করম্না কেগদগে হায়বসু মখোয়দি য়াম্না খঙই। মোইরাং থোইবীনা চংথোকপদা নাপদা লাংথ্রে মপোপ অমা চিনবদা ফজমনখ্রদুনা অতৈসু লাংথ্রে চিন্নখি হায়বা ৱারী লৈ।

মৈতৈনুপীনা ফজবগী মশকপু অৱাংবা থাক্কী ৱাখল ফোংদোক্তুনা তরু তরুনা উহল্লি। মায়কৈ কয়াদগী য়েংবদা মৈতৈনুপীদি থবক খূদিং মচু তানা পাংথোকপগী মমি তাই। মখোয়গী ৱাঙাং শাঙাং, লমচৎ ব্যাবহার, অকে-অমৌদা, তরু তনানবদা, মখোয়না তৌথোকপা থবক্তা হায়রিবদু অদুম উবা ফংই। ফজবা হায়বসিদি হকচাং কায়াৎ মায়থোং ফজবনা, ফিজেৎ ফিজোল ফজনা শেংপতনা য়াবা নত্তে। নুংগী ফজবসু য়াম্না মরু ওইবনি।

## ফিজেৎ লৈতেং শীজিন্নবদা মৈতৈনুপী

মৈতৈনুপীনা চখোক খোংতোকপদা ফনেক মপাল নাইবীনা থবাক্তা চিংখৎতুনা শেংলি। ফুরীৎ লিংনদে। ঙকশমদা লৈতেং লীক শিরগা ইনফি অপাবা ইল্লি। ঙকশমদা শিবা লৈতেংগী লীকনা মরৈ পরেংনি। হৈবী মপাল নত্রগা হৈক্রু খাইবী পরেংনা লীকখোম ওইরগা, লীকয়াননা ঙকশম পকপী ওইনা শিনৈ। শেংলি ইল্লিবা ফিজোল অদুনা হকচাংগী ফজবা লৈতেংগী ফজবদুসু উখোকলগা নুপীগী লেমজবসু মাঙহন্দে। হৌজিক্কী মতমদা অতৈ লমদা নুপীশিংনা শেৎন ইন্নরিবা "সিথ্রু" হায়বগী মওং অদুসু নত্তে। মসিনি মণিপুরী সংস্কৃতিদা চৎনরিবা নুপীশিংনা শেৎন ইন্নরিবা মওং। মৈতৈনুপীনা কেরগা চখোরকপা মতমদা নাপদা নাচোম চিনবা, লৈহাও চিনিচম্প্রা শমদা য়ান্দুনা চিনবা, শমজিদা শমজিরৈ থেংপা চৎনবীনি।

## লোনবখোংপা, ফিশু ফিজামদা মৈতৈনুপী

মৈতৈনুপীনা ইল্লিবা হকচাং উবী অপাবা ইনফি অদু মখোয় মশানা ইয়োংদা শাবনি। মখোয়দি ফি শাবদা, ফনেক লোনবদা, ফিশু ফিজামদা থোইদোকনা হৈশিংই। ফি শূবদা সাবন শীজিন্নরমদে। কেক্রুগী কোঙ্গোলনা সাবনগুম্না শীজিন্নৈ। সাবন শীজিন্নবা হৌরকপদি অথেঙবা মতমদনি। অহানবদদি সাবন পায়বদা মাংই হায়দুনা শীজিন্নরমদে। মৈতৈনুপীনা ফি ঙৌনবা শূবদদি যষ্ঠি তাল্লগা শূই। ফিদু শষ্ঠি লোক্লগা, নুংশাদা ফৌদুনা ঈশিং চাইর চাইরদুনা শূরগা হৈবুং মহি লাক্লুনা ঙৌহনবদুদি হৌজিক মতমগী কেমিকেল য়াওবা সাবন শীজিন্নদুনা, ব্রাশীং মেছিন শীজিন্নদুনা শূবা ফিনা করি তৌরুনি ? পাথ্রবা ফি অদু শূরগা চনাং থারগা নুপী অনীনা পায়দুনা নাচৈনা মপালদুদা লোনশিল্লগা শাই তিংখঙনা খেৎল খেৎলদুনা ফিদু চাদনবা শেমই। থুপচিল্লগা ফিদুদা খুবাকনা পোপ পোপ ফুদুনা শেল্লগা পুথোরকপদি কোনয়াই তকত্রবসু অদুমক ফজে।

অথাবা ফি শূবদদি উতি চুল্লগা অমোৎপা কোক্লবা মদুদা তিঙলগা ঙহাক থমই। থেঙ্গুমচানা ফিদুদা য়ৈর য়ৈরদুনা শূদোকই। ফিদু শূবা লোইরগা থুপশিল্লগা লৈয়েনা য়ৈ-য়ৈদুনা শেমই। কোনয়ায় তকপগী দরকার লৈতে। মতৌ অসুম্না পৈশা ইচং চংদনা, লমদমসিদা ফংবা পোৎতবু শীজিন্নদুনা অকে অমৌগী ফিশু ফিজামগী থবক পোংচৈ শেমদুনা নুপীশিংনা পুথোকই।

## মৈতৈনুপীগী মচুগী বিচার

মৈতৈশিংদি অয়াকপা মচু শীজিন্নদে। চহী য়ামখৎ য়ামখৎলক্লগা হেন্না মেঙবা মচু শীজিন্নৈ। লাইগী ধর্ম্মগী ওইবা থৌরমদা নুপীশিংনা উবৈরোম মচুগী ফনেক, ইনফি অঙৌবা শীজিন্নৈ। হৌজিক্কী মতমদা ময়াম্না পাম্না শীজিন্নরিবা "সুট" হায়দুনা ইনফিগা ফনেক্কা মচু মান্নহনবী অসি মমাংঙৈগী মতমদা মৈতৈগী চৎনবীদা তৌনদে। ফনেক্কা ইনফিগা মচু খেন্নহন্দুনা শেৎপা ইনবা চৎনৈ। খুদম্নু হঙ্গামপাল মচুগী ফনেক্কা লৈ ফিদুপকা অসুম্না হায়নৈ।

মৈতৈনুপীগী মচুগী বিচারদি ফনেক মপাল নাইবী লোনবদা শীজিন্নরিবা লংয়ান অসিনা তাক্লি। অমুবা ফিবাল অদুদা য়াম্না ঙাংশিন্দবা মচুগী লংনা খোই লোল্লগা অদুদগী খরগা হেন্না মুরপ ঙাংবা লংগা, অমুবা মচুগী লংগনা তেঙ্গা থাদুনা, ফিগোক পান্দোল লোল্লগা অঙাংবা অঙৌবনা হুক্লুনা লোল্লিবসি য়াম্না মীৎ ইংবা, মচুগী ফজত্রবা রাখল্লোলদু তাক্লি। মসিনা মীৎ থকহন্দে, হন্না হন্না য়েংলবদসু য়েংনিংদবা

পোকহন্দে। ফিগী মচু শঙবদা মৈতৈনুপীশিংনা উগীমপাল, মনা, লৈদগী মচু লৌরগা শীজিন্নে। কুম পাম্বী মনাদগী অমুবা মচু, উরেরোম পাম্বীগী মহৈদগী উরেরোম মচু, শনাৈ দগী সনারৈ মচু, কুসুম লৈদগী হঙ্গাম মপাল মচু লৌদুনা লং শঙলগা ফনেক শাই। কব্রং লং শঙলগা ফিগে ফনেক শাই। ফনেক লোন্নবা লং কব্রংসু মচু শঙই। কুসুম লৈ লৈপাক তরানা, কুননা শঙলগা শাবা ফনেক মচুনি হায়দুনা খর য়াকশিনবা, খর বাওথোকপা মখল খায়দোকইবনি। মৈতৈনুপীনা মখুৎনা চিংবা মুগা লংদু মচু শঙলগা মুগা ফৈজোম, মুগা ফনেক খ্বাঙগী ইয়োংদা শাই। মখোয়না ইরু মাইথজরগা মখোয়না শাজবা মুগা ফনেক শেৎলগা লাগী তাঙ্গদা তিকী অচাকপা হাপ্লগা লমদম অসিদা ফংবা মেক্রুক হাপ্তুনা লাইদা কৎচরগা খুরুমজবা শক্তমদু লোয়ননা ধুপকী অমসুং তিকীনা লা চাকথেকপগী নুংশিরবা মনমদুনা অকোয়বদা শন্দোরকপদা পুক্নিংবু নুংওনহনবদি শোইদ্রবনি।

## থোং থাকপগী লমদা মৈতৈ নুপীগী খুদোল

মণিপুরী সংস্কৃতিদা নুপীগী থাগী খতু লাকপবু চাকখুম থোকপা হায়না খঙনৈ। মতম অসিদা নুপীনা চাকখুম চঙদুনা চাক ঈশিং থোংবা, মী অতৈগা শোক্ল শম্নবা, লাইগী থবক, সেবানচিংবা তৌবা য়াহন্দে। চাকখুম থোকপা হায়বসিনা খঙহল্লিবদি চাকথোংবা হায়বসি নুপীশিংতনা তৌবনি হায়বসিনি। য়াম্না লায়রবা ইমুংদা ইচমচম্বা মনামশিংগী ইঙ্খাং থোংলবসু নুপীশিংনা চাকখুমদা চঙখিবদা নীংথিবা মওং অমদা শেমশাদুনা পুথোরকই। নুংশিবা মনম অমা হেক্তা হাপকৎলকই। মৈতৈগী ইঙ্খাং মথেল চগেম পোম্বা হায়বসিমক জাতি অতৈনা পাক হৈরোই। ইংখোলদা ফংবা মনামশিংগা চগেমগা থোংবনি। অদুক চম্বা মথেল অদুদা ফদিগোম, পাখোল, শিং, হৈবোব, তেকতা, অৱাফদিগোমনচিংবসি কদায় কদায়দগীনো থিকদুনা মতাং চানা চানা মরোইশিংদু থাকলগা অঙকপা মনম অমসুং মহাও অমা চেলহন্দুনা পুথোরকই। লফু ইবোনবদা তোনীংকোক, লোম্বা, ফকপাই থাক্তুনা মনম নুংশিহল্লি। মনমদু তাবতদা চাক লামহল্লি, তিল চুংবা পোকহল্লি। অসিনি মৈতৈ নুপীনা থোংথাকপদা হৈশিংবা। অশেং অমাংগী ৱাখল থমদুনা চাকখুম চঙবদা অশূবা ফি শেৎলি। চাকখুম নীংথিনা ৱাই তৈথোক্তুনা লূনা নান্না থমই। মসিনা লূ-নানবগী, হকচাং নাদ য়েক্তনা থম্নবগী পাম্বৈ অমসু ওই। অসিগুম্বা মৈতৈনুপীগী চঙখোনবা, হৈশিংবা মতৌ, মখোয়না মণিপুরী সংস্কৃতিদা তমলিবা খুদোল কয়া অসিদি মপাল লমগী মীশিংনা নোংমা নীনীদং মনিপুবদা লৈবগা পাক খঙবা ওইথোক্তে।

**ফিজেৎ ফিজোল লৈতেংগী মতাংদা মৈতৈনুপী**

মৈতৈ জাতি (ফুরুপ) কী নাৎকী তোপ তোপ্পা ফিজেৎ, ফিজোল, লৈতেংগী পোৎলম লৈজে। অদুগুম্বা ফিজেৎ লৈতেং অদু শীজিন্নদুনা নুপীশিংনা মণিপুরী সংস্কৃতিবু ঙাক্লুনা থম্বগা লোযননা অতৈ জাতিদা মখোয়গী সংস্কৃতিবু শকতাক্লি। ফিজেৎ লৈতেংশিং অদু শাদুনা পুথোকপদসু নুপীশিংনা চাউববা থৌদাং লৌই। মমাংঙৈদগী হৌনা লমদম অসিদা মৈতৈনুপী ফিশাবী, ফনেক লোনবী, ফিবিবী, লৈতেং শাবী কয়া অমা লৈবি।

মমাংঙৈগী মতমদদি মী অমনা অপাম্বা শিনফম অমা হেক্তা পায়বা যাবমদে। অখন্নবা শাগে কাংলুপ অমনা অখন্নবা মখলগী শিনফম পায়গদবনি হায়না চৎনবম্বগী রাফম *লোয়ুম্বা শিনয়েন* কৌবা লাইবিক্তগী খঙবা ঙমই। মৈদিংঙু লোয়ুম্বনা (১০৭৪-১১২২) মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা, নিংথৌনা মীশিংদা যুমনাক্তা কোন্নমা মানা মানা পাযগদবা শিনফমশিং যেম্থোকখি। খুদম অমা অনীদং পল্লবদা কোল্লিক হৈবগী শিনফম্সু অহৈবম শাগৈদা, য়োংশূবগী শিনফম্সু থাংজম শাগৈদা, সনাশাববু কাংঙবম শাগৈদা অসিনচিংবা।

মণিপুরগী অরিবা লাইবিক পুযা *পুদিন*গী মমাংঙৈ অঙনবা মতমদা মণিপুরগী নিংথৌ মহাবানী, অঙম অথৌ, প্রজাশিংনা শেৎন ইন্নবম্বা ফিজেৎ ফিজোলগী মবমদা খঙবা ঙমই। নোংদা লাইবেল পাখংবনা পানবা খৃষ্টকুমজা ৩৩ গী মতমদুদা মৈতৈনুপীশিংনা শেৎনবম্বা ফিজোলদি থবাক্তা চিংখৎতুনা ফনেক শেৎলগা খ্বাঙদা খ্বাঙচেৎ লাকপা, কোক্তা কোকশেৎ শেৎপা অসিনি। ইন্নবা ফি অদুনা লেংবান্দগী খাওন ওল্লগা তুংলোমদা কিশি কিশিন্দুনা ফিদু ইল্লি। মৈতৈনুপীমচাশিংনা লৈশাবী মপৃং ফাদ্রিঙৈদদি ফনেক খোয়দোম শেৎলি, ফুরীৎ লিৎলি, ইন্নফিদি ইনদে। লৈশাবী মপুঙ ফাবক্রগদি ফিদোন চিংখৎতুনা শেৎলি, ফি ইল্লি। লৈশাবীনা শাই ককই। মৌগীশিংদা চল্লগনা শাই খোমগৎতুনা তুংলোমদা শম পুনবা চৎনৈ।

মণিপুরী সংস্কৃতিদা মতম মতমগী মতুংইন্না, যেক সলাই খেন্নবা মতুংইন্না শেৎকদবা ফিজোল তোঙাল্লি। অঙম অথৌশিংনা মাগী মাগী ফমথোল মতুংইন্না ফিজেৎ লৈতেং শীজিন্নৈ।

নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা, মহাবানীনা থাবোন কুমশং হাযনা খঙনবা কুমজিংবী খোইজাও লোনবী ফনেক শেৎলি। কনাপ হাযনা খঙনবা কব্রং লংনা শাবা ফিনা খ্বাংদা লাকই। ফুরীৎ শাইজোনবা লিৎলগা কব্রংগী খাওন ওল্লি। শমদু

অহুম খোক্লা খায়দোক্লগা নাকলদা অমমম, তুংলোমদা অমা শমজি পুল্লি।

মীচম প্রজা নুপীশিংনা লুহোং খোংদোংবা, কুম্মৈ ফিয়োং চৎপা মতমদা ফনেব ময়েকনাইবী শেৎলি, ইনফি অপাবা ইল্লি। যুমদা লৈবা মতমদদি মচু মচুগী পুঙৌ ফনেক শেৎলি। অশি অনাগী হুংবা, অষ্টি লৌখৎপা, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম, লাই খুরুম্বা চৎপা মতমদা নুপীশিংনা উরৈরোম মচুগী পুঙৌ ফনেক শেৎল্লি, ইনফি অঙৌবা ইল্লি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী মশক তাক্লিবা ফিজেৎ লৈতেংগী পোৎশকশিং অসি পুথোকপদা নুপীশিংনা চাউনা থৌদাং লৌই।

## লৈতেংগী পোৎচৈ শাবদা মৈতৈনুপী

মমাংঙৈগী মতমদদি মৈতৈনুপীগী লৈতেংগী পোৎলমশিংদি নুপীতনা শেমশাদুনা পুথোকলমই। মৈতৈ নুপীনা শীজিন্নবা লৈতেংসু তোপ তোপ্লনি। মৈতৈনুপীদি নাসিকা হুৎতে। খোঙদা খোঙদোপ, খুজেংদা খোঙজি শিদে। ওকশমদা লীক, খুৎকী খুজি, খুদোপ, নাগী লৈতেংনচিংবদু মৈতৈনুপীদি সনানা শাবা শীজিন্নে। সনা লৈজদ্রবসু সনা মান্ননবা লুপ্লগা, টেজাপ হাইরগা লৈতেংদু শীজিন্নে। অদুম্মা নুপীশিংনা লৈতেং শেম শাবদু কোনশঙদা, লৈতেং য়োনবা দুকানশিংদা ঙসিসু মীয়ামনা উবা ফংলি। য়াম্মা অঙনবা মতমদদি নিংথৌকোলগী লৈমশিজশিংনা শীজিন্নবা লৈতেংগী পোৎশিংদি ধাতুনা হৈদুনা শানরমই। মদুসু নুপীশিংননি। মখোয়না মখোয়গী ক্রিয়েটিভিটি উথোক্তুনা হৈরাং লৈরাং, শা উচেক্কী শক্তম লৌদুনা লৈতেংশিং অদু শাই, শেমই।

অদুগুম্বা লৈতেং খরদি শন্দ্রেম্বী পরেং, কোন্দুম পরেং, থামচেৎ, থাঙতুপ মানবী, মরৈ পরেং, কিয়াম লিকফাং, থবোই মনিং, জলসঙ্খ, ঙাঙ্গোই পরেং, হৈক্রে খাইবী, কারোৎ মরু, তাইরেল মপালনচিংবা অসিনি। অসিগুম্বা লৈতেংশিং অসি মীচম প্রজাগী নুপীশিংনা পাক শীজিন্নবা যারমদে। মখোয়না শীজিন্নবা তারবদি লং অমুবনা মরী ওইরগা শন্দ্রেম্বী অমতং, থামচেৎ অমতংকা লেংলগা শীজিন্নবদি তৌনরমই।



মৈতৈ নুপীশিংনা শাবা নাংকী ফিজোল লৈতেং খব

ধাতুনা হৈদুনা নুপীশিংনা শাবা লৈতেং খরনা চীংমী তম্মী অনীগী মরক্তা য়াম্মা নক্লবা মরী অমসু থ[illegible]মই। মতৌ কবম্মা মদু ওইথোকপগে হায়বগী

মতাংদা খুদম অমতং পীজবি । মোযোন অমসুং মোনশাং কাংলুপকী নুপীশিংদি খ্বাঙদা ফি অনী শেৎলি। খব কৌতক তৌবা ফি অমনা য়েৎলোমদা মখ্বাঙদা শেৎলগা অতোপ্পা অমনা অদুগী মথক্তা ওইবোমদা যেপ্পুনা, থবাক্তা শেৎলি। অদুগা খ্বাঙচেৎ লাকই। মনুংথংনা শেৎলিবা ফি অদুদা শবীক যাল্লি। মদুনা নুপীশিংনা হ্বাও কুম্ফে চৎপদা, জগোই শাবদা নুংশিবা মখোল অমা থোকহল্লি। মখোযনা শীজিন্নবিবা শবীকশিংদু অহৈবম শাগেগী মৈতৈ নুপীশিংনা শাবনি। মখোযনা চহী অমগী মমাংদা তমদা কুমথবক্কুনা শবীক অদু শাবানবা শীংলৈ। তমগী নুপীনা শাবা লৈতেং অদুগী মতেংনা চাংমীনুপীশিংগা নংশিনবা মবী অমা অসুম্মা থমলমই।

## মৈতৈনুপী অমসুং ফিবিবী লোযশঙ

ফিবিবী লোযশঙ হায়দুনা নুপীশিংতনা কাবা লোযশঙ অমা নিংথৌগী লমজিংকোনুংদা লৈবমই। লোযশঙ অদুবু মহাবানীনা যেংশিল্লি। লোযশঙ মখোক [illegible] অদুবুগা মৈ [illegible] থডনৈ। লোযশঙ অদুদা থবক শূনবা নুপীশিংবু [illegible] মশিংনা, মায় মাংহকইখুম্মনা [illegible]। ফিবিবী হাযবা কলা অসিদ [illegible] দিজাইন পুথোক্লগা মদু কাতিনা চপ্লগা অতোপ্পা ফি অমদা [illegible] তাইদুনা ([illegible]) পুথোকপানি। ইংলেন্ডজিদা মসিবু এপ্লীক বার্কস হাযবগা খঙনৈ। এপ্লীক ৱার্কস অসি ভারতকী অতৈ মথম গুজরাট, উবিষ্যানার্চিংবদসু পুথোকই। ভারত ৱাংমগী লমদম নোবরে, সুইদেন, হোলেন্দ, বৃটেননচিংবদসু চৎনৈ। মণিপুরগীগা খেন্নবা হাযববু মসি মণিপুরদদি নুপীশিংতনা তৌই অদুগা অতৈ লমদনা লৌউ শিংউবা মীওইশিংগী মবক্তগী নুপাশিংনা তৌই। মখোযনা ইপৌ পৌবা দিজাইন, শগোল, শামু, উটনচিংবা অদু অতোপ্পা যাম্না মচু যাকপা ফি অমদা তাইবগা ফকলাংদা থেৎনবা, ছাতিন, সামিয়ানা শেম্বদা শীজিন্নৈ।

মৈতৈ নুপীনা পুথোকপা এপ্লীকৱার্কসতি যাম্না লেম্বা, ফজবা, অরাংবা থাক্কী, কলাগী পোথোকনি হাযবসি মমাংঙৈদগী লীশিন্দুনা থমহৌবা পোৎচৈশিং অদুনা তাকই। মণিপুরগী এপ্লীক ৱাকর্সতি লাইগী, নিংথৌগী, অঙম অথৌগী ওইনা অয়াম্বা শীজিন্নৈ । অমনবা ফিনা শেমদুনা পুথোকপা য়াদে। মৈতৈনুপী ফিবিবীশিং অদু থোইদোক হেন্দোক্লা হৈবা, মশাগী পীথোবকপা মগুণ য়াওবা কলাকার ঙাক্লি হায়বা তাই মবর্মদি মখোযনা হান্না যেকপা খোৎপা তৌদনা ফি অমবু অনী অহুম লোন্ননা থুর্পাচিল্লগা মখোয়না তাহন্নিংলিবা দিজাইন অদু কাতিনা চপ্লগা হেক্তা তাহল্লি। অদুম্না কক্কু না পুথোক্লবা দিজাইন অদু অতোপ্পা ফি অমদা খেংদবা অইংবা মচুগী

লংনা, লুপাগী, ঝবীগী লংনা, কব্রংনা য়াম্না কুপ্না খুৎ চঙনা তাইবনি। মৈতৈগী নাৎকী ওইবা থৌবমদা নিংথৌ মহাবানীনা, অঙম অথৌশিংনা অখন্নবা ফিজোল শীজিন্নে। অদুগুম্বা ফিজোল অদুদা অখন্নবা দিজাইন লিদুনা মৈতৈ নুপীনা শেমই। অঙোম নিংথৌনা শীজিন্নবা নীংখম, মহাবানীগী লুহোং ফিজিন, লুহোং ফিবান, অঙম অথৌশিংগী নীংখম, মীচম নুপীশিংনা শীজিন্নবা লুহোং ফিবান, কোঙ্গোল থিনবা ফুবীৎ, জগোই বাসকী পোৎলোইদা কোঙ্গোল থিন্দুনা ফজহল্লিবা, লাইগী লুহুপ, চুবানচিংবা পুম্নমক মৈতৈনুপীগী খুদোল ঙাকনি।

ফনেক ময়েক নাইবীগী ফিবান্দা, নীংখম শমজিন্দা খোই লোন্দুনা পুথোকলিবসিসু নুপীশিংননি। ফনেক ফিবান্দা খোইলোনবসি মৈদিংঙু যাংলৌ কৈফাবা (৯৬৯-৯৮৪) গী মতমদা হৌদোকপনি হায়না ***চৈথারোল কুম্বাব***দগী খঙই। মুক্লাবোইশিংনা, হি তোংবগী তেংমাইলেপ্পশিংনা, লাইহবাওবদা অঙম অথৌশিংনা জগোই শাবদা শীজিন্নবা কোকযেৎকী তুংদা থাদবা নীংখমশমজিনদা খোই লোল্লিবদুসু নুপীশিংননি। মখোযনা থম্বাল চেপলে হায়বা দিজাইন অসি থম্বাল লৈনাদগী নমুনা লৌদুনা শেম্লগা নিংথৌগী খদাংয়েৎকীদমক লিদুনা শেমই। খোই মযেক্তগী খবা হোংদোকলগা শেম্বা পাখংবা ময়েক হায়বসিনা নিংথৌগী নীংখমদা লি। ক্লাকলৈ হায়বা উবৈগী নমুনা লৌবগা অঙম অথৌশিংগী শমজিন ফিবান্দা নুপীশিংনা ফিবিদুনা পুথোকই।

খৃষ্ট কুমজা ১৮ শুবা চহী চাদা, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌদুনা জগোই বাস কৎলি। জগোই বাসকী পোৎলোই তূবগী থবকসু নুপীশিংনা তৌই। শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা পুবা পালা লোযশঙদগী কাবা পানা মৰিগী পালাগীসু খ্বাঙচেৎ ফিজিন্দা তোঙান তোঙান্নবা দিজাইন হাপ্পুনা ফিবিদুনা শেমই মদুনা কবম্বা পালাগীনো হায়বা লাযনা মশক তাকই। খুদম ওইনা, লৈবাকচাবা পালাগী খ্বাঙচেৎ ফিজিন্দা যেনশিন অফাংবা লৈবোং লিদুনা লৈতেংই। লৈবোং (দিজাইন) অদু অঙৌবা ফিনা যেনশিন অফাংবা মাননা ককলগা অশংবা ফিদা যেতুম্না লিদুনা শেমই। সেবক পালাগী ফিজিন্দনা যেনশিন অফাংবদু মথক মখা ওনশিন্নবগা মযাইদা খোংনাং পাম্বী অমা হাপ্পুনা দিজাইন শেম্লগা পুথোকই। অসিদসু নত্তনা মীচম লৈশাবীশিংনা লাই হবাওবদা ইন্নবা হবাও ফিজিন, লুহোংবদা ইন্নবা লুহোং ফিজিন্দা লৈবোং তোঙান তোঙান্না ফিবিদুনা শেমই। লুহোং ফিজিন্দা পানাও শিংনাও মযেক, মোনমায তুবদা ঙমহাই মমিৎ, ঈশিং মপীনচিংবা দিজাইন শীজিন্নে। জগোই বাসকী পোৎলোইদা কোঙ্গোল থিল্লি।

মণিপুরগী জগোই রাসকী পোৎলোই তূবা, শেম্বা, শেৎপা নুপীশিংগী মথৌনি। পোৎলোইসু নিংথৌরোলশিংগী হাকতক্তা মথং মথং শেমদোক শেমজিন হাপতোক হাপচিল তৌরকখি। অদুদসু নুপীশিংনা হান্নন্না ফিলোনবা, ফিবিবা হৈবনিনা অদুম ইবায় লায়না ফজনা শেম্বা ঙমই। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী (১৭৫৯-১৭৯৮) মতমদা য়াওবমদবা কৃষ্ণগী নটবব বেষ পোৎলোইদা কজেংলৈ হাপচিল্লকপসি মৈদিংঙু গম্ভীর্সিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) হাক্তক্তনি। গোপীগী পোৎলোইদা চমকী থিনবা, পোসৱালদা কিনার ফেনজিন্দুনা হেন্না লংহনবা য়েংবদা ফজহনবা, কৃষ্ণগী চূরাগী তুংদা চেনা য়াৎলগা শেম্বা শমজিবৈ হাপ্পনচিংবা অসিনা নবসিংহ মহারাজগী (১৮৪৪-১৮৫০) হাকতক্তনি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি (১৮৫০-১৮৮৬) গী মতমদা নুপীগী (গোপীগী) পোৎলোই মপান্দা মিংশেল থিন্দুনা লৈতেং শেম্বা চত্থবকখি। মতৌ অসুম্না মতমগী য়াওলদা রাসকী পোৎলোই লৈতেংদা অহোংবা কয়া লাক্লবদসু নুপীশিংতনা মশক থোক্লা শেম শাদুনা পুথোবকপা ঙমই। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগীনা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতম ফাওবদদি রাসকী পোৎলোই তূবগী থবক অসি ফিবিবী লোযশঙদতা চত্থরম্বনি। মহারাজ কুলচন্দ্র (১৮৯০-১৮৯১) গী মতমদা কোনুংগী ফিবিবী লোয়শঙগী ৱাংমদা পোৎলোই তুবা চত্থবা হৌখি। মসিগী মরমদি পোৎলোই অসি লাইহৱাওবদসু লাইগী সেবাদা নুপীশিংনা শেৎনরকই। লুহোংবদসু পোসৱালদি যা ওদনা লুহোঙলিবী কন্যানা পোৎলোই শেৎলি। জগোই বাসসু শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা পাংথোকনবম্বা অদুগী মথক্তা খুল্লক্কী মফম কয়াদসু পাকশন্না জগোই শান্নবা হৌরকপা মবম কয়া অসিনা পোৎলোই য়াম্না পুথোকপগী তঙাইফদবদু লাকপদগীনি। সনা কোনুংগী ৱাংমদা পোৎলোইতুবা হৌদোকপদুসু নুপীর্নানি। মদু হৌদোকখি বী নুপীদু খোঙজোম লানগী অথৌবা মহারাজকুমার চীংলেনম্নাগী লোয়নবী মোইরাংময়ুম নিংঙোল ঝুলোনখোম্বীনি। মপুরোইবনা খোংজোম লান্দা সহীদ ওইখ্রবা তুংদা মহাক্না মপুক্সিগী হিংনবগী পাম্বে অমা ওইনা মাগী মপাম শগোলবন্দ মোইরাংময়ুম লৈবক্তা হৌদোকখিবনি। মহাক্না সনাকোনুংদা লৈরিঙৈদা ফিবিবী লোয়শঙদগী পোৎলোই তুবগী কলাবিদ্যা অসি হৈরকখিবনি।

ঝুলোনখোম্বীনা তম্বীদুনা হৈখিবা মোইরাংময়ুম লৈরক্তগী নিংঙোলশিংনা ময়ুম পানখিবদগী মখোয়না হোৎনদুনা শিল্লাংদুনা নিংথেমমচা কোল্লুপ, বামোন কোল্লুপ, উরিপোক, য়ুম্নাম লৈকায়নচিংবদা মথং মথং শন্দোরকখিবনি। নুপাশিংনা শিনফম অসিদা চঙশিল্লকখিবদি কোনথংদনি। নুপা য়াওশিল্লকপগী মরমদি পোৎলোই

ফিবান্দা হাপ্পা পিথ্রাইনা য়েথোক্লগা শেম্বা কোঙ্গোল থিনবা হায়না খগুনবা অসি শীজিন্নরকপদগীনি। পিথ্রাইনা শেম্বা পোৎলোইগী মচাকশিং শেম্বা হৌদোকপনা উবিপোক্কী কোনসম শাগৈগী নুপাশিংননি। মথং মথং য়াইস্কুল, য়ুম্নাম লৈকায়, খুরাই, ৱাঙ্খে, নোংমৈবুং, নম্বোল, হৈরোক, ৱাংজিং, য়াইরিপোক, ময়াং ইম্ফালনচিংবা মফমশিংদা পোৎলোই মচাক শেম্বা চখরকখি।



জগোই রাসকী ফিজোল: মৈতৈ নুপীগী খুদোল

জগোই বাসকী পোৎলোই শুবদা মৈতৈনুপীশিংনা ফিরিদুনা পুথোক্লিবা দিজাইন অসি খোইময়েকনি। অদুবু মমাংদা মখোয়না ফিরিদুনা পুথোকপদা মচু শীজিন্নবা মতাংদদি খেন্নহন্দুনা পুথোক্লে। খোই ময়েকসু চাউহল্লে। অয়াকপা মচু শীজিন্নবে। শংত্রিক শংবা মচুগা ঙাংশং ঙাংবা মচুগা পাদুনা ময়েক লানা উহল্লে। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌনা ফিরিবী পোৎফম হায়না নুপীশিংগী পোৎ য়োনফম অমা সনা কৈথেলদা শেমগৎতুনা লৈরকই। পোৎফমদুদা নুপীশিংনা ফিরিদুনা পুথোকপা পোৎচৈ য়োল্লি। ঙসিনা পোৎফম অসি খ্বাইরমন্দ কৈথেলগী নোংপোকথংবা চিদাইদা লৈরি। নুপীশিংনা মদুদা মখোয়না য়েত্তুমনা লোন্দুনা, ফিরিদুনা পুথোকপা মোনখুম, মোনমায়, নাওখুম, তম্ফাথিনবা শেঙ্গাও, লাইগী চুরানচিংবা য়োল্লি।

মতমগী য়াওল মতুংইন্না এপ্লীক ৱার্কসকী পোৎচৈ শীজিন্নবসু হুহ্বরে। ফিরিবীশিংসু ইরৈ লৈশিল্লত্রে। হৌজিক হৌজিকমক এপ্লীক ৱার্কস পুথোকলিবী নুপী খরদি উরিপোক, শিংজমৈনচিংবা মফমদা লৈরি। মতৌ অসুম্না নুপীশিংনা মণিপুরী সংস্কৃতিগী তাঙলবা মরল অসিবু ঙাক্তুনা থম্লি। অসিদা নত্তনা মৈতৈনুপীনা শাবা ইয়োংফিনা মণিপুরবু অতৈ লমদা শকতাক্লি। মৈতৈনুপীনা শাবা কোকয়েৎ মচা, মোইরাং

ফি, মোমপাকফিদক, টেবলফিদা, ইনফিনচিংবা অসি অতে লমদা য়াম্না পামনৈ। নুপীশিংনা অনৌ অনৌবা দিজাইন কয়া পুথোক্কুনা ইনফি, শারীনচিংবা শাদুনা মপালগী লমদা থাদোক্কি। অনৌবা দিজাইনদা রানীফি হায়বসি মমিং চৎলি। ঋাথ্বেদা লৈবী চুখ্রাম নিংঙোল রানীনা হৌদোকপদগী রানী ফি হায়না খঙনখিবনি।

মৈতৈনুপীনা শাবা হেন্দলুম অমসুং হেন্দিক্রাফটকী পোৎচৈবু ভারতকী ঋাংমদা থাদুনা য়োনবদদি ইহান হানবা ওইনা লণ্ডনদগী ষ্টেটকী ইঞ্জিনিয়র ওইনা লাকখিবা মিষ্টর জোলিগী নুপী মিসেস ই: এম: জোলিনা খৃ : ১৯২৬ তা হৌখি। মৈতৈশিংনা জালি মেম হায়না কোই । মানা পুথোক্লম্বা ফি ময়েক অদু ঙসি ফাওবা জলি মেমগী ময়েক হায়না খঙনরি, খুদম :- লিক্লি ময়েক । মহাক্না পোৎচৈশিং অদু খোমজিল্লগা মতমদুগী মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিদেন্ট কেপটিন হারভে, আই সি এসতগী অয়াবা লৌরগা থবক্তু চখবনি। মহাক্না খৃ : ১৯৩৪ দা মণিপুরদগী হনখ্রবদা পোৎচৈ থাদোকপগী থবক্তু সিভিল সার্জন কর্নেল টাইলরগী নুপী শ্রীমতি টাইলরনা মখা চখহৌই। অদুবু অনীশুবা পৃথীবীগী লাঙ্লাও থোরকপদগী খৃ : ১৯৪২ দা তোকখিবনি।

ফিশা লোনশাগী মথক্তা মৈতৈনুপীনা জগোই ঈশৈগী মতেংনা মণিপুরী সংস্কৃতিবু মচু থোক্লা অতৈদা শকতাক্লিবনি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা মৈতৈনুপীনা তম্বা খৃদোলদি শীংথাদুনা লোইরোই। মৈতৈনুপীদি মণিপুরী সংস্কৃতিগী সেবিকানি, সন্ত্রিনি, শাস্তিগী সেনানি।



লুহোংবগী অচাথক ফিরুক্তা হাপ্পুনা মৈতৈ নুপীশিংনা পুবা

***

# (২)

# মণিপুরগী নুপী কৈথেল

মণিপুরগী কৈথেলদি নুপীগী কৈথেলঙাকনি। ইতিহাস, সংস্কৃতি, পরম্পরাগা শাগোন্নরিবা নুপী কৈথেলনি। নুপীতনা লৈবা য়োনবা তৌবা, মণিপুর নুপীগী মথৌনা মরিংজেল, শূবা নোম্বা কনবগী তোপ তোপ্পা শক্তম উখোকলিবা নুপী কৈথেলনি। মণিপুরগী নুপী কৈথেলনা অতৈদা ৱারী কয়া লীরি লমদমসিগী : মণিপুরদা লাল্লুপ কাবগী চৎনবী লৈবক্নগী, অদুনা মবম ওইদুনা নুপীনা কৈথেল কাবা হৌরকখিবা, ললোল ইতিক তৌরকখিবগী ৱারী, মতৌ করম্না মণিপুরদা নুপীলাল হৌরকখিবা অদুগী মরমদগী খ্বাইরম্বন কৈথেল থিংজিনবা, মণিপুরগী রাজনীতিগী কাঙলোন্দা নুপীলালনা অহোংবা পুরকখিবা অসিনচিংবগী ৱারী কয়া অমা।

ৱারেং অসিদা মণিপুরগী নুপী কৈথেলগী মরমদা খরদং থীজল্লুবগী পাউদম অমতং থমগনি।

## কৈথেল লিংবা হৌরকপা

থায়নগী রাজা রাজাই, লোকলোব, পুয়ানচিংবদা মণিপুরদা কবল্লা কৈথেল লিংবা হৌবকপগে হাযবসিগী মবমদা খবগী মখে খঙবা ঙমই। লাইলৈমশিংনা কৈথেল কাবা হৌদোকখিবনি। লাই কৈথেল কাবদা চীংবা লৈমা লাইরেম্বী চেঙ্গু, পিশুম লৈমনা সনালুপা, চীংঙা লৈমনা মনামশিং, ৱাইথৌ লৈমনা অচাথাউ, ৱাইশেং লৈমনা থুমপাক য়োল্লি হায়রি। অদুমক্না কৈথেলদা কৈথেল লাইরেম্বীগী খুভম মূর্তি য়াদুনা থমলি,

মদুদা হৈকৎ লৈকৎ তম্নরি। কৈথেল ফম্লিবী নুপীশিংনা পোৎশিং ফহনবীয়ু হায়দুনা লাইরেম্বীবু খুরুমজে। কৈথেল কুমলমদাইদসু কৈথেল লাইরেম্বীদা খুরমজবা থায়নদগী চৎনরক্লিবনি।

কৈথেল লাইরেম্বীদি চুম্নগী মূর্ত্তি নত্তে। অহিংবা আত্মানি, মণিপুর প্রজাগী অৱা নুংঙাইদা শরুক য়ারিবনি। কৈথেল ফম্লিবীশিংবু ঙাকপী শেনবীবতা নত্তনা, লৈবাকনা অৱাবা খুদোংথিবা নঙ্গদৌরবদি কৈথেল লাইরেম্বীনা অহিংদা থোক্তুনা মদুগী খুদম পীদুনা তাকই। পৃথীবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা মণিপুরদা বোম তাদুনা মীশি মীনা থোক্লগদবা অৱাবা তাগদবা অদুগী মাঙওইনবা অহিং অথেংবদা কৈথেল লাইবেম্বীনা তেংথাই হাযনে।

*ইবেনথৌনা ৱারী অসিমসু লিবীবমই :* মণিপুবগী অথৌবা মপারী যুববাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেবেলবু সনা কৈথেলগী ফৈদাবুংদা ফাঁসী তৌদুনা হাৎকদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা অথেংবা অহিংদা কৈথেল লাইরেম্বীনা ফিঙৌ শেত্তুনা নুপীগী শক্তমদা থোকতুনা তেংথাই অসিনচিংবা। মতৌ অসুম্না মী লাই শম্নদুনা লৈবাক্কী নুংঙাই য়াইফনবগী, খুঞ্জাও লৈচাউনবা শেমগৎনবগী লৈরক্লিবা মণিপুরগী নুপী কৈথেলনি।

মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা ললোলইতিক তৌদুনা লৈবাক্কী শেন্থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবগীদমক কৈথেল কয়া শেমগৎলমই। ***লোইন শিনলোন*** হায়বা লাইরিক্তগী খঙবদি মৈদিংঙু ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) সনাহাক্তক্তা খা-ৱাং কৈথেল অনী পুথোকপগী ৱা য়াওরি। অসুম্নসু হায়রি "কৈথেল মনুংদা কনাগুম্বা অমত্তনা খোংউপ উপ্পা, ফিরুক খুম্বা, পে-খনবা, ফিদা, থাঙ তাগুম্বা, উতুপ থেঙ্গুগুম্বা অসি পুবা তৌহৈদে, ফৈদানা য়েংদুনা পান্নেয়ে।" নিংথৌনা কৈথেলদা লেঙথোকলক্লবদি কৈথেল ফম্বীনা অসুম্না তৌগদবনি হায়বা নিয়মসু তাকলি।

***চৈথারোল কুম্বাব***দগী খঙবদি মৈদিংঙু চলাম্বনা (১৫৪৫-১৫৬২) অথাপ্পা চীংগী লমদগী অচৌ অচৌবা নূং পুরক্তুনা সনা কৈথেলদা থমখি হায়বসিনি।

মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা (১৫৬২-১৫৯৭) কোনুংদা কৈথেল অমা শেমগৎলি অদুবু সনা কৈথেল কৌই হায়বি। T.C. Hodson না মাগী লাইবিক The Meitheis দা অসুম্না হায় - "Imphal possesses the largest and most important of these bazars, to which the name Sana Keithel is given." মসিদগী খঙবদি মণিপুরদা কৈথেল য়াম্না লৈরমই। খ্বাইদগী চাউবা কৈথেলদু সনা কৈথেল অসিনি। খ্বাইরম্বন কৈথেলবু সনা কৈথেল হায়না খঙনরর্কাখ।

খ্বাইবম্বন কৈথেল কৌখিবগী মতাংদদি ***লম্মিৎলোন*** কৌবা লাইবিক্তা পল্লি - লাইনিংথৌ সনামহি়না নোংমা তাইবং মীগী শক্তম লৌদুনা মালেমদা খোঙদোইবমই। মদুদা খ্বাই নুংজেংবীনা কৈথেলদা পোৎ য়োন্দুনা লৈবম্বদু উবদা লক্লরুবে। মদুদা মীশিংনা য়েংদুনা লৈখি। খ্বাই নুংজেংবীদগী লৌদুনা খ্বাইবম্বন কৌখি হাযনৈ। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু লমদমসিদা খ্বাইবম্বন কৈথেলনা লৈবকলির্বসি মীগা লাইগা শর্ম্নবিঙৈদগীনি হাযবর্সিনি।

মণিপুবদা ললোল ইতিক চাউখৎহন্নবগীদমক মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭ - ১৬৫২) না মণিপুরগী মফম তবাদা কৈথেল শেমগৎখি। মদুদা সনা কৈথেলগী ব্রাসু যাওবি - অতৈদি অব্রাংকৈথেল, কোনদোং কৈথেল, চাইবেন কৈথেল অমসুং শেক্তা কৈথেলনচিংবনি। সনা কৈথেলগী মতাংদা নুংঙাইখ্রবা ব্রাবী অমা লৈ। সনা কোনুংগী হাওমচা লোয়শঙগী লোয়শঙ মচাশিংনা নুংথিলদা সনা কৈথেলদা থোবক্লগা মখোযনা চানিংবা হৈবা কবোকনচিংবা লেম্না কৈথেল ফম্বীশিংদগী লৌবগা সনা কৈথেলগী ফৈদাবুংদা ফমদুনা চাথোকই। মযূমদা পুবদি তৌনদে। অদুবু ভুংদদি নিংথৌকোলগী চাকখুমগী শীজিন্নবা পোৎচৈশিং হাওমচা লোযশঙগী লোযশঙ মচাশিংনা কৈথেলদগী নুমিৎ খুদিং লেম্না লৌবসি চত্থবকই। মদু মতম শাংনা চত্থবম্বদগী বৃটিশনা পানবা মতমদা কৈথেল নুপীশিংনা ব্রাকৎপদগী তোকখির্বনি হায়।

মৈদিংঙু গরীবনিব্রাজ (১৭০৯-১৭৪৮) গী সনা হাত্তক্তা "অয়ুক কৈথেল" হায়বা অমা শেমগৎলমই। নিংথৌ অসিনা সনা কৈথেলদগী নুং অমনা মোংবহনবদা লৈরিবা হনুমানগী মূর্ত্তি শাখি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি। অয়ুক কৈথেল মফমদু হৌজিক্কী খ্বাইরম্বনগী থোং নম্বোম্বী মনাক্তনি। মফমদুদা নুপীশিংনা অয়ুক্তা পোৎ য়োল্লগা নুংথিলদনা সনা কৈথেলদা কোনুং মমাংদা পোৎ য়োনবনি" হায়না পণ্ডিত

খেলচন্দ্রনা মোত পী। অসুম্না খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী খোঙচৎ অসি চত্থরকই।

খ্বাইরম্বন কৈথেলদা নুপীশিংতনা কৈথেল ফম্বা মসি কৈথেলসিগী তোপ তোপ্পা শক্তমনি। খা নোংপোক এসিয়াগী মফম খরদা নুপীনা কৈথেল ফম্বা য়াওরগসু মণিপুরগী খ্বাইরম্বন নুপী কৈথেলদি অতৈগীগা চাংদম্নবা য়ারোই। অসুম্না হায়রুবগী মবমদি কৈথেলদা পোৎ য়োনবদসু অককনবা নিয়ম অমগী মতুংইন্না পোৎফম ফল্লি। মান মানা পাম্বা মওংদা হেক্তা ফম্বা য়াবা নত্তে। কৈথেলগী খা নোংপোক চিদাইদা সনা, লুপা, কোবী ধাতুগী লৈতেং পোৎলম য়োনগনি। অৱাং নোংপোক চিদাইদনা চেঙ, অৱাং নোংচুপতা ফৌ তাইফম্লি। খা-নোংচুপতা ঙা যোল্লি। কৈথেলগী নোংপোকলোমদা ফিরিবী পোৎফম লৈ। অসুম্না ফৌ তাইফম, চেঙ তাইফম ঙানু খুনু য়েরুম্নচিংবা য়োনফম পাঙল পোৎফম, খুকম য়োনফম, শা অকংবা মোইবুং লিকনচিংবা য়োনফম হাও কৈথেল হায়দুনা তোঙান তোঙান্না লৈরিবনি। অসুম্না নুপীশিংনা কৈথেলদা পোৎচৈ য়োনবসি উবগা ঙক্লদুনা St. Clair Grimwood না অসুম্না হায "It was a pretty sight in the evening to see all the women hurrying along with their wares on thier heads and their little babies slung on their backs. They sat in long rows in the bazar and it was divided up in a most methodical way. Vegetables and fish occupied in one end and cloths and jewellery the other".

**খৃ: ১৮৯১ খোংজোম লালগী মতুংদগীদি খ্বাইরম্বন কৈথেলসি বৃটিশ রিজার্ভ এরিয়াগী মনুংচম্না লৈরকখি।**

ঙসিদি কৈথেল অসি পাকখোক চাউথোবক্লনা ইমাকৈথেল (পুবান্না বাজাব) লক্ষ্মী বাজাব, লিংথোইঙম্বী বাজাব, পাওনা ইন্টবনেসনেল মার্কেৎ, থাঙ্গাল বাজাবর্নাচিংবা কোনশিন্দুনা লৈখ্রে। অসিদগী হেন্দোক্লনা মহারানী থোংগী মনাক অমসুং মথক, চৈবাপ কোর্টকী মমাং, নাগমপালনচিংবদা পোৎচৈ য়োন্দুনা মফমশিংদুসু খ্বাইরম্বন কৈথেলগী শরুক ওইরে। কৈথেলসিদা চীংদগীসু, তমদগীসু নুপীশিংনা নুমিৎ খূদিং ললোলপোৎশিং পুরক্লুনা য়োল্লরিবা, লৈনবিবা অসিনা মণিপুরগী নুপীশিংনা শেনমিৎ লোন্দা লৌবিবা থৌদাংগী শক্তম অমসু উহল্লি।

মণিপুরগী মফম কয়াদা বিষ্ণুপুরদা, মোইরাংদা, থৌবালদা, ককচিংদা,

কোংবদা, খুবাইদা, শিংজমৈদা, পিশুমদা, কোনুং মমাঙনচিংবদা নুপীশিংনা ফন্না কৈথেল মচা মচাসু লৈবি। কৈথেল মচাশিং অসিগা খ্বাইবম্বন কৈথেলগদি তৎন থানবা য়াদবা মরী অমসু লৈনবি। খ্বাইবম্বন কৈথেলদগী পোৎ তীক্লগা অতৈ কৈথেলদুদা যোল্লি। অতৈ কৈথেলদা চীংদগী খুঙ্গংদগী পুবক্লুনা যোল্লবা লফু, পান মাইবেন, শিং, যাইঙং, মঙ্গ্রানচিংবা মতম মতমগী ওইবা পোৎলমশিংবু তীকতুনা পুবক্লগা খ্বাইবম্বন্দ কৈথেলদা অমুক যোল্লবা অসিনি। কৈথেল অসিনা নলোল ইতিক্কী হিংবমদা মণিপুরগী চীংগী খুঙ্গংগী লমশিংগা শম্নহন্দুনা, মী অমগা অমগা নুংশিচান্নহনবগী চাউবব খৌদাং অমসু লৌবি।

মতম খরগী মমাঙদদি অথাপ্পা মফমদগী ব্রা, ই, চফুনচিংবা অসি হিদা হাপ্পুনা নম্বুল তুরেল মবীলদা হোনগৎলক্লগা খ্বাইবম্বন কৈথেলদা যোল্লম্বনি। হৌজিক্তি তুরেলগী মাবল অসি থেনগৎলকখ্রে। তুরেল মবীলদা অমোৎ অকায কযা থাদবদগী মাচ মাচদা ফুনগৎলক্লনা ঈচেলদা হিনা পোৎ পুথোক তৌবম্বগী নম্বী অদু মাঙখবে। মতাং অসিদা নাংশিংনিংঙাই ওইবা ব্রাফম অমদি। নম্বুল তুরেলনা খ্বাইবম্বন যৌনা চেল্লকপাস হান্নদি অসুম্না তৌবম্বা নত্তে। মাযকৈ অমবোমদা চেল্লম্বা তুরেলগী ঈচেল থদুনা নলোল ইতিকতা কান্নবগীদমক্তা নম্বুল তুরেলসি ঈচেল থৈবকপনি হয়বার্সনি। মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা (১৬৫২-১৬৬৬) খ্বাইবম্বনগী অকোয়বদা পল খাগৎতুনা, লাংখোঙ তৌদুনা শেমগৎপগী ব্রাবম *চৈথাবোল কুম্বাব*দা ইবি - "হাবোইবম অথিংগী কুম শক ১৫৮৭ ... লাংবন থাদা চিংঙাদগী হৌনা থাংব্রাইপন যৌনা লাংখোঙ মবিন তৌএ। ফাইবেন লমদা থা ২ মক্তা খ্বাইবম্বনগী লাংখোং কোয়না তৌএ।" *চৈথাবোল কুম্বাবা* লা: ৪৫,৪৬।

নম্বুল তুরেল মবিলসি কাইনথংদা তৌখিবনি। লানবী তুরেল গযনা খঙনবা ঈচেল অনীনা তিন্নবগা শেমখিবা তুরেল আসগী ঈচেল থৈবগা নম্বুল তুরেল মবীল শেমখিবনি। লানবী তুরেল হার্যবিবসি লুব্রাং ই তুরেলনা কামেং লমদেং ফাওদুনা চেল্লক্লগা কাংচুপলোমদগী ফুমলৌ ফাওদুনা চেল্লকপা ঈচেলগা লমশাংথোং, তাওথোংগী অব্রাংদা খুদৈবনদা তিন্নবগা চেন্থবকপা ঈচেলদুনী। ঈচেল অনীগী তিন্নফম ঈবোংদু ঙসিসু অশেংবা লাইফমলেন, অশেংবা লাইফমলেননি হায়না বাকনী নুমিৎতা মীশিংনা মদুদা ঈকপ্নবি খুকমনাব।

লানবী তুরেলনা চেম্থরক্লগা তেরাকৈথেলগী নোংপোকতা তেরা পুখ্রিগীনা নোংচুপতা মখাপাংনা চেল্লগা সয়াং পুখ্রিগী মনিংদা চেল্লগা হৈনৌ খোংনেম্বী মনিং ফাওদুনা চেল্লকপদা অপিকপা ঈচেল মচা মচা খরগা অমুক থেংনরগা লাংথবাল মনিং লোমদা চেম্থরম্বনি। হায়রিবা ঈচেল অসি চীংঙারোমদগী থৈরকপনি। হৌজিকতি হান্নগী লানবী তুরেল মরীলদু ফুনজিনখ্রে। মচী মচীদা ঈশিংখোং মচা মচা ওইনা ইংখোলগী মমাংদা লৈরি। মতমদুদা উরিপোক লম্বী, সয়াং লম্বী লৈরম্বা নত্তে। কোন্না শেমগৎলকপনি। মতমদুদা কনাগুম্বনা ইম্ফালদগী মোইরাংদা চৎপা তারবদি চীংঙারোমদা চৎলগা, মোংশাঙ্গে তারগা চৎনবম্বনি। মতমগী মতুংইন্না লম্মিৎলোনদা কয়াদা চাউনা অহোংবা লাকখ্রবা!

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি (১৮৩৪-১৮৪৪, ১৮৫০-১৮৫৫) সিংহনা খ্বাইরম্বন কৈথেলগী অৱাংথংবা থাংমৈবন পল্লি থুগাইদুনা কৈথেল শেমগৎলমই। অসুম্না নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা খ্বাইরম্বন শেমগৎলকপনি। কৈথেল অসি অহানবদদি শঙ লৈরম্বা নত্তে। ইহাঙ হাঙবা লমহাঙদা লৈবা য়োনবা তৌরম্বনি। কৈথেল অসিগী মতিকচাবা ইনফ্রাষ্টকচরসু লৈরম্বা নত্তে হায়বসি E.W. Dun অমসুং Sir James Johnstone না ইরম্বশিংদগী খঙবা ঙমই।

অদুম ওইনমক খ্বাইরম্বন কৈথেলদি নাৎকী, ধর্ম্মগী, শান্নখোৎনবগী থবক থৌরমশিংগা শাগোন্নদুনা লাকই। লৈবাক ৱায়েনগী মতুংইন্না মরাল লৈরবা কনাগুম্বা নুপা নত্রগা নুপীদা দণ্ড পীবা তারবদি লৈবাক মীয়াম তিনবা মফম কৈথেলদা পাঙথোকলমই। লৈবাক্কী মীয়ামগী অরুবা ঈ পাউ অমা প্রজাদা খঙহনবা তারবসু মদু কৈথেলদা লাউথোকই। ধর্ম্মগী ওইবা থৌরমশিং অমাইবা অমাইবীনা নিংথৌকোলগী লৈর্মশিজ, মচা মশু য়াওনা কৈথেলদা হেক হেক পাঙথোকই। খুদম ওইনা হাযরবদা নোং তাদবদগী লৈবাক প্রজানা অৱাবা তাববদা “নোং লাওবা” হাযবা ইরাৎ থৌনি অসি কৈথেলদা পাঙথোকই। লাইনিংথৌ সনামহিগী চেঙ হোংবা থৌরমসু কৈথেলদা পাঙথোকলমই। খঙজিং শান্নবা হায়বা শান্নবগী কুম্মৈসু গরীবনিৱাজ মহারাজনা হেক হেক কৈথেলদা শান্নহল্লগা পুক্লিং লৈতানা য়েংলমই। লৈবাক্তা চাকতাংবা থোকলবদা লৈত লাইর প্রজাদা নিংথৌনা কৈথেলদা ফৌ য়েল্লি। নিংথৌনা থবক থৌরম অমগী লেঙথোকপদা কৈথেলদা শেল চাইবগী চৎনবীসু মণিপুরদা লৈবমই। পুন্নমক অসিদগী ঐখোয়না কৈথেলগা মীশিংগগী মরক্তা কয়া য়াম্না নক্লবা মরী লৈবগে হায়বদু খঙবা ঙমই।

## খৃঃ ১৮৯১ গী মতুংদা খ্বাইরম্বন কৈথেল

খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৭ তা বৃটিশনা কংলা লৌশিনখি। নুপীশিং কৈথেল কাখিদে। মতমদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট H. St. P. Maxwell না হুকুম থোক্লুনা কৈথেল অমুক ফম্বা হৌহনখি। অদুগী তুংদা মতমদুগী সরকারনা সদর বাজার কৌবা দুকান ১৯ লৈবা কৈথেল মচা অমা মপাল কাংজেবুংগী নোংচুপথংবা শরুক্তা শেমগৎলি হৌজিক মদু পাওনা বাজার কৌগ্রে। অদুগা লোয়নন খৃঃ ১৮৯২দা খ্বাইরম্বনগী নুপী কৈথেলসু ইনা কুপ্পুনা শেমগৎলমই।



হান্নগী ইনা কুপ্পা খ্বাইরম্বন কৈথেল শঙ

কৈথেল ফম্বীশিংনা পোদোন থাউমৈ, উচান মৈবা শীজিন্নবা মবমনা শঙশিংদু মৈচাকপা হেক হেক থোকলমই। মদুদগী ঙাক-থোক্লবগীদমক খৃঃ ১৯০৫ (শক ১৮২৭) তা সবকারনা লুঃ ৭৮০৩ চঙনা জিন্তঘনা কৈথেলগী শঙ কুপখি। অদুদগী অমুক সবকারনা লুঃ ১৪৩৫৫ চংনা খৃঃ ১৯০৬-০৭ তা বৃটিশ রিজার্ভ এরিয়াদা অনৌবা কৈথেল অমা শেমগৎলি। মতমদুগী বড় সাহেব মেক্সুয়েলগী মীং লৌদুনা কৈথেলদু মেক্সুয়েল বাজার কৌই। মদু থাঙ্গাল বাজার কৌখরে।

মমাংঙৈ মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি কৈথেল য়েংশিনবগী থৌদাংসি কৈথেল অওম্বা লোয়শঙনা পুরমই। অদুগী তুংদা পোলিটিকেল এজেন্টনা থৌদাংদু পুরম্বনি। অদুদগী অমুক খৃঃ ১৯০৭ তা অমুক মণিপুর ষ্টেট দববাবদা শিন্নদুনা মহারাজ চুবাচান্দনা চুপলি পায়বা হৌই। খৃঃ ১৯২৪-২৫ ফাওবনা ইম্ফাল টাউন ফন্দ কমিটিনা বৃটিশ বিজার্ভ এরিয়া য়েংশিল্লমই। খৃঃ ১৯৫৬ তা টাউন ফন্দ কমিটি অদুনা ইম্ফাল মিউনিসিপালিটি ওইবকখি অমসুং ম সিনা কৈথেল য়েংশিনবগী থৌদাং লৌরকই।

## নুপা কৈথেল লিংখৎপা

খ্বাইরম্বনগী নুপী কৈথেলদা নুপা চঙবা য়াদে। নুপা চঙবগী দণ্ডি ফংবা য়াওখ্রবনি। খৃ: ১৯২০ দা নুপা কৈথেল লিংবা হৌখি। মফমনা নম্বুল তুরেলগী মপান্দা থোং নম্বোনবীগী ওইবোমথংবা নাকলদনি। কৈথেল ফম্বগী টেক্স য়াম্মল্লি হায়বগী ৱাকৎতা নুপীশিংনা কৈথেল ফমদ্রবদা সরকারনা নুপাশিং কৌদুনা কৈথেল ফমহনখি। উরিপোক অমসুং থাংমৈবন্দগী নুপাশিংনা নুপা কৈথেলদা পোৎ য়োনবা হৌখি হায়না চৈথাবোল কুম্বাবদা ইবি , ( লা: ৫৯২ )।

## পুলিস বাজার

পুলিস বাজার হায়না খঙনবা কৈথেল অমা হৌজিক মণিপুৰ ষ্টেট রোদ ট্রানসপোর্ট কোরপোরেসনগী অফিস লৈরিবা য়াইস্কুলগী মফম অসিদা লৈরমই। মণিপুবগী অনীশুবা নুপীলালগী মতমদা কৈথেল অসিদা মীয়ামগী মিটিং খন্ন নৈনব' তৌখি। মণিপুরগী রাজনীতিগী লমদা কৈথেল অসিনা অচৌবা থৌদাং য়াখি।

## লক্ষ্মীবাজার অমসুং লিম্থোইঙম্বী বাজার শেমগৎলকপা

মতমগী মতুংইন্না মীশিং হেনগৎলকই। ললোল ইতিক প'কখোক চাউথোবকই। খ্বাইরম্বন কৈথেলগী শঙশিংদা পোৎফম ফম্বা ফংদবদগী নুপী কয়ানা লম্বী শোবোর্ক্কা মচি মচিদা পোৎচৈ যোনবা হৌবকই। অদুনা চথোক চৎশিন্দা অপনবা থোকৰ্ল্লে। অদুনা মবম ওইদুনা সবকাবনা লক্ষ্মীবাজার, লিম্থোইঙম্বী বাজাব শেমগৎলি। লক্ষ্মী বাজাবদা (১) মযাংলং ফিজোই য়োনফম, (২) শুবোং যোনফম (৩) ফিংগোল য়োনফম (৪) গমশা যোনফম (৫) কই যোনফম (৬) পুঙৌ ফনেক যোনফম (৭) মুগা য়োনফম অমসুং (৮) কাংখল য়োনফম লৈ।

মণিপুরগী নুপী কৈথেলগী পোৎফম ফম্বগী চৎন লোনচৎস ওম্থোক্ল কুপই। অমগা অমগা হেনজিন্নবা যাবা নত্তে। কৈথেলদা যোল্লিবা পোৎলম খুদিং নাৎকী, সংস্কৃতিগী, ধর্ম্মগীগা মরী লৈনবা, হিংবদা চংদবা য়াদ্রবা ঙাকনি। শম্না হাযববদা মণিপুরগী নুপী কৈথেল অসিনা সমাজগী চৎনবীবু হিংহন্দুনা, ঙাকতুনা থম্লিবনি। খুদম অমা অনীদং লৌখৎতুনা য়েংবা য়াই - ললোলফমদা য়োল্লি লাইগী পূজা লাংজাদা চঙবা পোৎলম, পাখংবা সনামহি লৈমরেল খুরুম্বা, শাগৈগী লাই,

উমং লাইদা থৌনিবগী পোৎলমশিং। ইচম চম্বা পোৎলম লাগী যোনফমদা চঙবমক্তদা নীংশিংহল্লি পাখংবা খযোম লাকপগী, লাগী দোনা, শাবৈ তাঙ্গা, বেবীনচিংবা কলচবগী মচাকশিং। মণিপুরবগী চীং তম অনী নুংশিচান্নবগী মবী অমসু লায়োনফমদা উবা ফংই। চীংমী নুপীশিংনা লা পুদুনা খ্বাইবম্বনদা যোল্লে। লা যোনবীনা মখোয়দগী পূন্না তীকলগা চোইনা সমুক যোল্লি। ফিবিবী পোৎফম হাযবসি মসিদা মৈতৈ নুপীনা খুৎনা লোন্দুনা/লিদুনা পুথোকপা নিংখম শমজিন, লাইগী চুবা, অবোনবা মোন্দুম মোনতেক মমায়, শেঙ্গাওর্নাচিংবা যোল্লি। ইতিহাসকী লামায ফাকৎতুনা য়েংবর্দাদ পোৎফম অসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী (১৭৫৯-৬৬, ১৭৬৩-৯৮) সনাহাক্তক্তা শেমগৎলম্বনি থেংনৈ। নবসিংহ মহারাজ (১৮৪৪-১৮৫০) অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনসু ফিবিবী পোৎফমসি হেন্না নিংথনা শেমগৎলম্বনি। চফু যোনফম মক্তদা উগনি - মৈচংদবা চফু লাইমাং খুবম্বগী, অঙাং নাউফম হাপ্পগী চফু, খকং, কন্বী, চফু উযাল গমলানচিংবা । থুম যোনফমনা লীবি লুহোংবদা থুম কাগুপ হাপ্পগী, ইপান থাবগী, যুবী লাকপী শান্নবা, পানা কাংজৈ, মুক্না কাংজৈ শান্নবগী মনা পীবগী থুমপাক পীবগী বাবীশিং।



খ্বাইবম্বন কৈথেলদা লাৎলিবা কৈথেল লাইবেম্বীগী মূর্ত্তি

খ্বাইবম্বন কৈথেলদা নোংমা নোংমগী মী চিনবা হেনগৎলকপদগী পবকাবনা তোঙানবা তোঙান মফমশিং থৌবালদা, বিষ্ণুপুরদা, ওইনামদা, কুম্বীদা, ককচিং খুনৌদা, শুগ্নুদা, হৈবোকতা, অন্দ্রোদা, শামুরৌদা, শিখোং সেকমাইদা, রাঙ্গোযদা, মোইরাংদা কৈথেল শেমগৎলি। মোইবাং কৈথেল শেমগৎপগী মতাং লাকপসিদা

মমাংঙৈগী মতমদা মোইরাংদা নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতম নীংশিংহল্লি। মোইরাংগী খোরী কৈথেলগী শক্তম পূক্রিংদা ফাওহল্লি - চিংখুবা যুববাজ মমোমলোই মচাইবেম্মা থোইবীনা মশাবী খম্বব খোরী কৈথেলদা কনখিবগী ৱারী। নোংবান নাথা কোংয়াম্বগী শরৌদগী শামু খোঙদা য়েৎতুনা খম্বব হাৎকদবদগী মচাইবেম্মা থোইবীনা করম্না কনখিবগী ৱাবী ঙসিসু লীনরি । মোইরাং খোরী কৈথেলনা মোইরাং কংলৈরোনদা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈবিবনি। লোয়ননা মতমদুদা মোইরাংগী লৈকায় ৯গী কৈথেল ৯ লৈরমই। মখোয়শিং অদুদি :

| মোইবাং লৈকায় ৯গী কৈথেল ৯ | হৌজিক ওইবিবা লৈকায়গী মমিং |
|---|---|
| ১. খোরী কৈথেল | লাইশাংবম লৈকায় |
| ২. ঙাংখ কৈথেল | কোঞ্জেং লৈকায় |
| ৩. নোংখ্রাংলোকপী কৈথেল | থম্নাপোকপী মমাং লমহাং |
| ৪. অউন কৈথেল | হৌজিক অদুম কৌবি |
| ৫. ওকচীল কৈথেল | লৈফ্রাকপম লৈকায |
| ৬. হিগা কৈথেল | মাইরেনবম লৈকায় |
| ৭. চেংলৈ কৈথেল | শ্রীবোন থনা লৈকায় |
| ৮. যাওসু কৈথেল | শ্রীবোন মনীং লৈকায় |
| ৯. ঙাংলৌ কৈথেল | পুখ্রম্বম লৈকায |

*(Source : মোইবাং সাইওন - সবাংথেম বরমনি)*

ঙসিদি কৈথেলশিং অসিগী মমিং মুৎখবে অদুবু মণিপুবগী folk history গা মবি লৈনবা কৈথেলশিং অসি তুংগী মীবোন্না কাউখিদনবা মফম মফমদুদা Sign Board অমমম থেৎপা যাম্না দবকাবনি। Tourist attraction ওইবতা নত্তনা কলা সংস্কৃতিগী research তৌবশিংদা মতুংদা কান্নবা ওইগনি, হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংগীদমক্তসু শিক্ষাগী শরুক অমা শোযদনা ওইগনি নীংজে। ইম্ফাল সহবমক্তদা সরকাবনা কৈথেল মচা মচা খবসু শেমগৎলি মফমশিং অদুদি লমফেলপাৎ, পোবোমপাৎ, লমলোং, শিংজমৈ, তেবা অমসুং হৈজিগাংদনি। কৈথেলশিং অসিসু নৃপী কৈথেল ঙাকনি।

## খ্বাইরম্বন কৈথেল নৌনা শেমগৎলকপা

খ্বাইবম্বন কৈথেলবু মতমগা চুনবা মওংদা ইনফ্রাষ্ট্রকচব ফগৎহনদুনা নীংথিনা শেমগৎ শাগৎপনী তঙ্গাইফদবা লাকপগী মতাংদা সবকাব, মীযাম, কৈথেলফম্বীশিংগা খন্ননৈনদুনা, যানদুনা হান্নগী শক্তমদু কাযহন্দনা শাননবা শঙশিং শীদোকখ্রে। মতম

খরগী ওইনা শাবা শঙদা কৈথেল হোংজিনখ্রে। কৈথেল লাইরেম্মা লেঙশিন্দুনা লৈবা য়োনবগী থবক চথবা হৌখ্রে।

মতাং অসিদা কনাগুম্বা অমনা হান্না খ্বাইরম্বন কৈথেল করম্বা মওংদা লৈরম্বগে খঙনিংই হংলবদি মদুগী পাউখুম ওইনসু ব্রারেং অসিগী পান্দম অমনি।

হৌজিক্কী ওইনদি নৌনা শাবা শঙদা মিউনিসিপাল কাউনসিলগী থৌশিল মখাদা লাইসেন্স পায়বা নুপী ৩৮২৪ না পোৎফম ফল্লি। লাইসেন্স পায়দবী নুপী কয়া অমসু কৈথেলগী মতাইদা, খ্বাইরম্বনগী মফম অতৈদা পোৎচৈ য়োল্লি। নম্বুল তুরেল মথক্তা শাবা থোংগী নাকল অনীদসু পোৎ য়োল্লি ।

চৈরাপ কোর্ট মমাং, নাগমপাল লম্বী, শামু মখোঙ, কাংজৈবুং মমাংদা পোৎচৈ য়োল্লিবা নুপী ময়াম উবা ফংগনি। অয়ুক্তা খ্বাইবম্বন কৈথেলগী দৃশ্য য়েংবদি কুম্মৈ অমনি। অয়ুক্কী কৈথেলদি অশংবা মনা মশিংগী কৈথেলনি। মতম মতমগী ওইবা পোৎচৈনি য়োল্লিবদি -হঙ্গাম, কোবী, য়েন্দেম, সেবোট, পান মাইরেন, মোরোক, থবী, খোংক্রুম, তোরবোৎ, লফু, ঙা, মরোই মপাংনচিংবনি।

মণিপুরদা প্রজাশিংনা পাংথোক্লরিবা ধর্ম্মগী উৎসব, তর্পন উৎসব, মপাম চাক্কৌবগী, চাকচা হৈজানবগী পোৎলমশিং লৈননবা মীশিংনা কৈথেলদা য়ৌরকই। চৈরাওবগী কৈথেল, য়াওশঙগী, নিংঙোল চাক্কৌবগী কৈথেলদি মীশিংনা কুম্মৈগুম্না য়েংবা লাক্লরিবনি। অরৈবা অয়োনবা মীশিংনা কৈথেলদা চিক্লচায়নবা ঙম্বা নত্তে।

খ্বাইরম্বন কৈথেল য়ৌবক্লবা খুঙ্গংগী লমদগী অথাপ্পা লোয়জি লোয়াদগী, য়ুম ইংখোলদগী মনামশিং, ঙা পুদুনা ঙন্তানা নুপীশিংনা বসনা নত্রগা জীপ টেক্সীনা য়ৌবকই। অয়ুক পুং ৩ দা ব্রাকিং চৎপা কাংবুনা অপাম্বা পোৎ লৈদুনা হনবা য়ারে। অদুম্না যোনবা কাংবুদুনা ললোনবী কাংবুদা পুল্লপ খবা হোঙনা থাদোকলমই। ললোনবী অচাবী হায়না খঙনবা নুপীশিংনা শেন্দোং হাপচিন্দুনা খবা থেঙথবগা যোলহৌই। যুমগী নুপীশিংনসু অথাবী কাংবুদগী ইমুংগী থোং থাক্লবা পোৎচৈ খরা লৈশিলহৌই। অথাবী কাংবুদুদি অহিং হৌনা লাক্লবনিনা মখোয়গী চান থক্লবা তল, চা, বোরা কাংঙৌ শেমদুনা মখোয়গী সেবাদা নুপী কাংবু অমনা শেমশাদুনা লৈখ্রে। লাইরিক হৈরবী নুপী কয়াসু কৈথেল ফম্বা য়াওরে। মখোয় খরনা মখুৎতা চে কলম পায়দুনা বেঙ্কনা ভে দরশিংদা থাদখিবা শেনফম লৌখৎনবগী কৈথেল পোৎলক্তা মথৌ তৌবসু য়াওই। অসুম্না খ্বাইরম্বন কৈথেলদা নুপী খূদিং লোইনা মথৌ চিল্লি। মৈতৈ নুপীনা অয়াম্বনি,

চীংমী নুপী, পাঙল নুপীসু কৈথেল ফমই। নুমিদাং খবা থেঙবা ফাওবা কৈথেল ফম্নগা বসনা মযুম মযুমদা হনবগীদু খুদোংচাবসু লৈবে।






খ্বাইবম্বন কৈথেলদা পোৎ যোল্লিবী নুপীশিং

কৈথেল ফমদুনা ললোল ইথিক তৌবী নুপীশিং কৈথেলদতা মথৌ তৌবা নত্রে। যুম্নদসু লৈকাযদসু মখোয়না থবক থৌবম খূদিংদা শকক যাবিবনি। মখোযনা বব লাই খুকম্বসু চৎকনি। দেবী পূজাগী ঈশৈসু শকপ যাওগনি। যাওশঙগী হোল ঈশৈসু শক্কনি, চাকসু চান্নগনি। পোৎফমগী ব্রাবী লাইবিকসু তাগনি। লুহোংবা শোবাৎত নাৎকী ফিজোল শেৎতুনা শকক যাগনি। কৈথেল মকুপ লিংখৎতুনা মচা মশূ মহে তম্বা লংফৈদা থাগনি লৈবাক্কী ইবাং থোবকপদা মখোযসু ব্রাকৎ মীফম ফমগনি। ময়াম পূন্না বাবেপ লৌমিন্নদুনা কৈথেল কাবা লেপ্তুনা লৈবাক্কী থৌদোক বাথোক্তা নেমথনবা থৌদাং লৌগনি। অসুম্না এশাগী ভোপ তোপ্পা শক্তম লৈবা, অতৈনা মত্রৌ তম্বদা ব্রানা থোক্লগদবা মণিপুবগী নাৎ সংস্কৃতি, পবমপবা ঙাক্তুনা লৈবিবা মণিপুবগী নুপী কৈথেলনি।

***

## (৩)

# মণিপুরগী নুপীলাল

মবৈবাক মবমদমগী মীশিংনা অন্নাবা মাযোক্লববা, লৈঙাক শাসন পাযবিবশিংনা প্রজাশিংগী হক মাঙহনবা, ইজ্জৎ শোকপা থবক তৌবক্লবদি মণিপুবগী নুপীশিংনা তূমিন্না খাঙজিন্দুনা লৈবা তৌদে। অসিগুম্বা তাঞ্জা লাকপদা মখোযনা অমত্তা ওইনা হৌদুনা লান্থেংনৈ হায়বসি ইতিহাসনা শাক্ষি ওইবি।

মণিপুবগী নুপীশিংদি যাম্না চমজবী, চৎনলোল ব্যবহাব খঙবী, ইংজবা তপচবা শান্তিবু পামজবীনি। মখোযদি শাউগন্দে, ইংজৈ তপচৈ থোইদোক হেন্দোকনা মখোযগী তোপ তোপ্পা মগুণ লৈজে। যেলহৌঙেদগী হৌনা মখোযদি পর্দাগী চৎনবী লৈবক্তে। মখোর্যদি মশা যাম্না খিংই, শুনোম্বা কল্লি। যূমগী কুপনোম থবক ইনখাং তৌবগা লোযননা শেম্থোক লৈননবা কৈথেলদা পোৎচৈসু যোল্লি। মখোয়দি লৌ কুম্বা, ঙা ফাবা, শীংচনবদা শকক যাদুনা ইমুংগী শেম্মুমগী ফিভম ফগৎনবসু হোৎনবিবনি। ফিশা লোনশা, লোনবা খোৎপদসু যাম্না হৈশিংজবনি। মীনুংশি চাওবী, পিজ পিথক ফজবী, চাযোক নাউযোক হৈবীনি হায়র্বসি ঐখোযনা গন্না খঙলর্বনি । অদুবু মখোযদা কাযহৌববদি, শীংনবক্লবদি অকিবা লৈতনা লাঞ্জংদুনা মবৈবাক্তীদমক মথব্রাই থাবা পাম্নদে। মদুগী লাববা প্রমানদি মখোযনা শোকুখিবা নুপীলালদুনি। মণিপুবগী নুপীলালবু নীংশিংদুনা ঙসি নুপীলাল নীংশিং মূর্ত্তি শাদুনা থাম্লি। ***চৈথাবোল কুম্বাবদা*** মযেক শেংনা নুপী লালগী মবমদা ইদুনা লৈবি।

খৃ : ১৯০৪ দা মণিপুবদা নুপী লাল অমা থোকখি। লাল অদু হৌবকখিবগী মবর্মদি খৃ : ১৮৯১ দা মণিপুবনা বৃটিশ লান্থেংনবদা মনিপুবনা নীংতম্বা মাঙখ্রবদা বৃটিশ শাসন মখাদা মণিপুব লৈবকখি। মণিপুর্বদি অহানবদা নিংথৌ পানবা নীংতম্বা লৈবাক ওইবর্ম্বনি হায়বসি ময়াম্না খঙনববনি। অদুবু খোংজোম লালগী (মনিপুবগী নীংতমলাল) মতুং তাবকপদদি নিংথৌনা বৃটিশকী যাকা মতুংইন্না লৈঙাকশাসন

পুবকপা তাখি । বৃটিশকী শূপনম শাসনদা মণিপুরগী প্রজাশিং য়াম্না অৱাবা নংখি। বৃটিশ সরকাবনা নমদুনা প্রজাশিংদগী চহী খূদিংগী লুপা লাক্ষ মঙাগী লেভি খোমগৎলি। প্রজাশিংগী লৈজবা খুজু খুৎলাই পুম্নমকসু বৃটিশ সরকারনা নমদুনা লৌশিনখি। মমাংঙৈদা মণিপুবদা চৎনরম্বা "লাল্লুপ কাবা" হায়বদু নৌনা অমুক চৎনহন্দুনা নুপামখে বৃটিশ অফিসরশিংগী মীনাইগুম লেমনা থবক শূহনবা হৌরকখি। অসিগুম্বা চুমদবা মওংগী সাসন অসি প্রজানা মতম শাংনা খাঙজিন্দুনা লাকপনি। নোংমদি মৈ চাকপগী থৌদোক অমা থোকলমই। মদুদা খ্বাইরমবন্দ কৈথেলগী শঙ ২০ চাকখ্রে। মদুদা মতমদুগী মণিপুব ষ্টেট দরবারগী এসিষ্টেন্ট প্রসিদেন্ট সুটো সাহেবকী বাঙ্গলোসু য়াওনা মৈ চাকখি। থৌওং অদু মীওই খরনা থৌওইনা থোকহনবনি হায়না সুটো সাহেবনা খনবদগী দরবারগী প্রেসিদেন্ট বড় সাহেব মেজর মেকসুয়েলদা ব্রাকৎলে। মবাল লৈবশিং থিদোক্তুনা অহকপা দণ্ডি পীবিয়ু হাযজবে। অদুদগী মেজর মেকসুয়েলনা মৈ চাকপগী মবম লংলা লংজিন পিবা ঙম্বা মীদা লুপা ৫০০ পীগনি হায়না হুকুম থোকখি । হায়বিবা হুকুম অসি *চৈথারোল কুম্বাব* (লা : ৫৮৬) দা থেংনবীগনি। মদু খৃ : ১৯০৪ গী সেপটেম্বব ১২ দা লেফটনেন্ট করনেল সি: এস: আই: মণিপুবগী সুপবীনটেন-দেন্টনা থোকপা হুকুমনি। নোটিশ অদু থোক্লনসু কনাদগীসু লংলা লংজিন ফংবা ঙমদ্রবদা মণিপুবগী তম্পাক্তা লৈবা নুপামখৈনা কবোদগী চীংশু উ য়াল্লুবগা লেম্না সুটো সাহেবকী বাঙ্গলো শাগদবনি হায়না হুকুম অমুক থোক্লে। প্রজাশিংনা মদু য়ানিংদবদগী প্রজাগী মীহুৎ খরনা সরকাবদা হুকুম অদু হন্দোকপিয়ু হায়জবমই। অদুবু মখোয়দু ফাজিন্দুনা জেলদা থমজিনখি। অসিগুম্বা চুমদবা ব্রায়েল বিচার অসিগী মায়োক্তা মণিপুরগী নুপীশিংনা পুন্না হৌরকতুনা বৃটিশ সরকাবগী অকনবা হুকুম থুগাইনবা পূন্না চঙশিল্লকখি। সুটো সাহেবকী য়ূম শানবা হায়দুনা নুপাশিংনা পুবকপা উ-ব্রা পুম্নমক মখোযনা মুন্দুনা তুবেলদা থাদরে। ফাজিনখিবা নুপাশিংদু থাদোক্কদবনি, মখোয়বু ইকাই খুম্নগদবনি, নমদুনা মীনাইগুম্না শীজিন্নবা য়াবোই হাযনা লাউদুনা চঙশিল্লমই। খোঙজং অদু থিংনবা সবকারনা হিংসাগী থবক চংখি। মদুদা নুপী কয়ানা অৱা-অনা, অশোক অপন কয়া নংখি। অদুবু নুপীশিংনা হনর্বাদ লৈখিদে। তুংদদি বৃটিশ সরকারনা উপায় লৈত্রদুনা মখোয়গী হুকুমদু হন্দোকখি।

খৃ : ১৯০৪ গী নুপীলাল অদুনা মণিপুরদা সাশনগী লমদা অহোংবা কয়া পুরকপা ঙমখি । য়াম্না মরুওইবদি ঈহৌ অদুনা নুপীশিংদা মশানা মশাবু হেন্না থাজবা

পোকহনবা, নিংহন্নদবা, তৌগে হায়না নীংবদা মাঙলোমদা চঙশিনবা ঙম্বগী থৌনা লিংজেল হাপকৎপিবা অসিনি। মদুনা সমাজদা লৈরিবা অমোৎপা, চুমদবা বিচারগী মায়োক্তা চঙশিন্নবগী থৌনা, লিংজেল লৈবা, মৈ ঈকলবা নুপী কয়া অমা পুথোরকপা ঙমখি।

## খৃ: ১৯৩৯ দা অমুক মণিপুরদা অনীশুবা নুপীলাল থোকখি।

মদু হৌরকপগী মরমদি চহীদুদা লৌরোক পাম্বাদা চাক তাঙবা থোকপদগীনি হায়না মী কয়ানা মোত পীনৈ। চুমই সরকারগী অরানবা থৌশিলদগী খুৎশেমগী চেঙ তাঙবা থোকখি। মদুনা খুদক্কী ওইবা অচৌবা মরম অমদি ওইখি। অদুবু বৃটিশ সরকারগী চুমদবা লৈঙাক শাসন নীতি নিয়ম কয়ানা প্রজা মীয়ামগী পুক্লিংদা মতম শাংনা নুংঙাইতনা লৈরকখিবদু চাক তাঙবগী থৌদোক অদুনা অকনবা শাফু পীদুনা মৈ হৌহল্লকখিবনি। অনীশুবা নুপীলাল হায়না খঙনবা মণিপুরগী নুপীশিংগী ঈহৌ অদু নুপী খরগী ইচম চম্বা খোল্লাও নত্তে। বৃটিশ ইমপিরিয়েলিজমগী মায়োক্তা চঙশিনবা অকনবা লানজং অমনি। মদুনা শেঙ্গাও পায়বা কেপিটালিষ্ট অমসুং নমফু শাসন চলাইবা বৃটিশ সরকারবু নিকহনবা ঙমখি। মদু তরাই তরাইনা লৌবা য়াদবা নুপীগী অকনবা ঈহৌনি।

## মতাং অসিদা প্রজা মীয়ামগী মখোয়দৌ থিৎহনখিবা নুপীলালগী মরম কয়া অদু নীংশিংবা চুমগনি।

বৃটিশকী থৌইনশিন মখাদা নিংথৌনা শাসন চলাইবগী চৈথেং মীয়াম্না ফংদুনা লাকখি। ধর্ম্মগী মিংদা টেক্স কয়া অমসু খোমগৎলি। খরদং পনবা তারবদা, চন্দন শেনখায়, শেন্টেক, পোথাং বেগারী, পিওন আমিন চাকথাক, জলসম্বন্ধি অসিনচিংবসি য়ানিংদে হায়দুনা প্রজানা ব্রা অমতা ঙাঙবা ঙমহনবা নত্তে। খৃ: ১৮৯১ দা মণিপুরনা বৃটিশকী মায়োক্তা নীংতম্বা মাঙখ্রবগী তুংদা মণিপুরদি বৃটিশকী শৃপনম শাসনদগী নাম্থোকপা ঙমখিদে। সরকারগী পোলিসি অমা ওইনা মণিপুরদগী মপালগী লমদা চেঙ থাদোকপা হৌখি। মারৱারী মহাজনশিংনা মণিপুরগী মফম ১৪ দা মিল লিংখৎতুনা চেঙ তকপা হৌখি। মখোয়না মণিপুরগী মফম কয়াদগী ফৌ খোমগৎতুনা তক্লগা মণিপুরগী মপান্দা থাদোকই। অদুনা মরম ওইদুনা খৃ: ১৯৩৯ গী দিসেম্বর থা, লৌরোক পাম্বাদা কৈথেলদা চেঙ ৱানবা ফংনখিদ্রে। চেঙগী ললোল ইতিক মচা মচা তৌজবা নুপীশিংগী অৱাবা অমা ওইখি। মখোয়না হাতে হাতে তৌদুনা হিংজবদু পুক্কি থদৎপিরে, মণিপুরদা চাকতাঙবা থোক্লে।

খ্বাইবমবন্দ কৈথেলফম্বীশিংনা মণিপুব ষ্টেট দববাব মেম্ববশিংদা চেঙ মপান্দা থাবা থিংবীযু হায়জকই। অদুবু তাবীখিদে। সবকাবনা প্রজাগী য়াইফনবা মণিপুবগী মপালদগী চেঙ লৈদুনা এজেন্টশিংগী খুখাংদা চেঙ য়েল্লি হায়বকই। য়েল্লিবা চেঙ অদুনদি মীযাম পূম্বা চাবা কোন্নবা নত্তে। অদুগীসু মথক্তা কাববাবব্বালা শেঞ্জাও পাযবশিংনা মখৌ পোঙনা খোনচোপ শীজিন্নদুনা চেঙ যেল্লি। মদুদা নুপীশিংনা খাঙবা ঙমশিল্লক্তে। মখোয়দি ব্যবহাব, ইকাইখুম্নবা পামজবনি। তোম্বনা যেংবা, থৌ৹ই উশিত্তববুদি চবা হেনবনা হেন্না ফৈ খঞ্জবা মীওইনি। অশাওবনা মাঙওইনদুনা নুপী খবনা মাবব্বাবীগী মিল খবা থুদ্দেকলুবে । অদুগী ব্বাহৌদগী কৈথেল ফম্বী নুপী ৫ বু ফাজিন্দুনা জেলদা থমজিনখি। মথংগী নুমিত্তা মখোযবু অথেঙবা অহিংদা পুথোকলগা অথাপ্পা জঙ্গল অমদা হুন্দোকলমখি। থৌওং অদুমক্তা নুপী মখৈদা খোই মহুমদা চৈনা থিনবগুম থোকহনখি। মখোয পূন্না অমত্তা ওইনা হৌবক্তুনা খুৎলাই পাযদনা লাল হৌবকখি। নুপী লিশিং কয়ানা গোভর্নমেন্টকী সেক্রেটবিযেৎ তম্না ফুজিল্লকখি বাকৎ কয়া থাঙ্গৎনিংবদগী । মখোয়গী মকওইবা দাবীদি মণিপুবদগী মপাল লমদা চেঙ থাবা থিংণ্ডু হাযবসিনি। মতম অদুগী মণিপুব ষ্টেট দববাবগী প্রেসিদেন্ট মেষ্টব টি· এ সার্পনা মদু মানা তৌবা ঙম্বা নত্তে হায়না ফোঙদোকলকই।

মতমদুদা মনিপুবগী মহাবাজদি নবদ্বীপধামদা তীর্থযাত্রা চৎখবা মবম৹া মণিপুবদা লৈবমদে । ওফিসতা নুপীশিংনা মিষ্টব সাঁপবু কোয়শিন্দুনা টেলিগ্রাফ অফিসতা থন্নগা মহাবাজগী মফমদা টেলিগ্রাম থাদুনা চেঙ থাবা থিংবগী যাখং লৌ হাযনা মঙোন্দা তকশিল্লমই। অদুম্না আইননা যাদবা মওংদা দববাবগী প্রেসিদেন্টপু নুপীশিংনা ফাজিন্দুনা থল্লিবদু থাদোকনবা আসাম বাইফল সকী সিপাইশিং মফমদুদা কৌশিল্লমই। মখোযনা খুৎলাই পাযদবা নুপীশিংদুগা ইন্নবা মুক্রবা তৌবমই অমসুং মখোযদা সঙ্গীননা থিল্লমই। মদুদা নপী কয়ানা অশোক অপন নংখি। থৌদোক অদবু নুপীলালগী "সঙ্গীন পকপ" হযনা খঙ্‌[illegible]। মশাদগী ঈখ্‌, শিন্থবা [illegible]ঙ্গিন[illegible] [illegible] ঠল্লবা [illegible]পাশিংদব হন কনানা যেংবীদনা [illegible] তম কুইনা [illegible]মলমই। খব[illegible] ইংখ্রনা [illegible] থম[illegible] [illegible] ঈশিংদা ন[illegible] ম্না মই।

[illegible] নুমিৎতা মহাবাজদগী টেলিগ্রাম [illegible] শিংনা [illegible] মণিপুবদগী [illegible] পান্দা চেঙ থাবা থিংবা [illegible] হায়না খং [illegible]কখি। [illegible] অদুগী [illegible] তোঙ্গৌ, বজনী, খোঙনাং, লৈবাকটৈ, সবী, ইন্দুমুখি, স[illegible] জাতি অমসুং কুমাবীদি ফাজিন্দুনা থমখি। মখোয়গা লোযননা মখোযদা মীনুংশি ফোংদোকখিবা মীশকশিং হিজম ইবাবোৎ, কুলবিধু, অমুশেলুং, বিদুব, এল ইবুংঙোহল

অমসুং অতৈ খরসু ফাজিন্দুনা বিচার তৌখি। বিচার চথরবা তুংদা মখোয়না বৃটিশ অথরিটিদা লাল হৌই মরাল লৈরে হায়দুনা মখোয়দু জেলদা থা ৬ থমজিনখি।

মণিপুরগী নূপী পুম্নমক্না পাল্লিবা সরকারগী চুমদবা বিচার অদুদা য়াম্না পেনখিদে। মখোয়না খ্বাইরমবন কৈথেল চহী ৩ চুপ্পা থিংজিনখি। ললোন ইতিক তৌবা পুম্নমক পুমলেপ লেপখি। মমৈথংদা নুপীশিংনা বৃটিশকী মায়োক্তা চংশিনবা লাল অদু জয় ওইখি। নুপীলাল থোকখ্রবা তুংদা মণিপুরদা শাসনগী, সমাজগী হিরম কযাদা অহোংবা কয়া পুরকখি। নুপীলালগী খূদোলদি অপুনবগী পাঙ্গল, সমাজদা মীওৎ মীনৈগী চৈথেংবু থেংনবা ঙম্বা, মীওইবগী হক কন্নবা নীংহন্নবা লৈতনা চঙশিনবা ঙম্বগী শক্তি পীবা অসিনি। মসিগা লোয়ননা কখোকপা, মনিং মখা তম্বা, মান্নবা খুন্নাই শেমগৎপা, মীওৎ মীনৈগী শাসনবু নমথবা অমসুং দেমোক্রেসিগী পারা মীয়ামদা তম্বীবা অসিনচিংবা অসিনি।

নুপীলালগী ষ্বারী, নুপীলালগী লুচিংবী অথৌবীশিংগী মথৌনা মরিংজেল, মমা লৈবাক নুংশিবগী কখোকপা ঙম্বা মগুণশিংবু হন্না-হন্না নীংশিংবা দবকার ওইরি। মসিনা মনিপুরী নুপীশিংদা থৌনা হাপ্লিবনি । ঙসিসু মণিপুরী সমাজদা সমস্যা কয়া লৈরি , খুদম ওইনা টেরিটোরিয়েল ইন্টিগ্রীতিগী, কাংলুপ মশেল উংখৎনবগী, লালহৌবগী, এইদস লায়না নাবগী, থবক শূফম খঙদবগী । আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার এক্ট চলাইবদগী মীচম প্রজানা অৱাবা নংবা, নুপী কয়ানা ইকাই ফিরুক খুম্বা অসিনচিংবা থৌদোক কয়ানা মবম ওইদুনা নুপীশিংনা থবক থাদোক্লুনা নুমিদাংদা খুৎতা মৈরা পায়দুনা ঈহৌ অমা শেমগৎলক্লি। মৈবা পায়বীগী ঈহৌ অসি অহুমশুবা মনিপুরগী নুপী লাল অমনি ।



নুপী লালগী নীংশিং মুর্ত্তি

***

(৪)

# মৈরা পায়দুনা চংশিল্লিবা মণিপুরী নুপীগী ঈহৌ

মণিপুরী নুপীশিংগী অনৌবা নুপীলাল অমদি মৈরা পায়দুনা চংশিল্লিবা ঈহৌ অসিনি। ঈহৌ অসি তরাই তরাইবা নত্তে। মণিপুরী নুপীশিংগী তোপ তোপ্পা শক্তি ফোঙদোকপা, অতৈ লমগী মীশিংনা মতৌ তন্নদা মাল্লরোইদবা অমনি। জাতিগী তুংগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা নহাশিংবু নিশাগী খয়াৎতগী কন্ননবা পান্দম থম্লগা নিশাবন্দ হায়দুনা নুপীশিংনা খুত্তা মৈরা পায়দুনা অহিংদা য়ারেক শনত্রি তৌদুনা চংশিল্লকখিবা ঈহৌনি।

খৃ:১৯৭৫গী মতম অদুব্রাইদগী মনিপুবদা ঈহৌ অসি তপ্না তপ্না শাগৎলকখি। মসিগী মরমদি সরকারগী পোলিসি অমা ওইনা ফোংনা য়ু য়োনবা য়াহল্লকপদা নুপীশিংনা মীপাইবা পোকলকপদগীনি। লোন্না য়ু থক্লবম্বদগী ফোংনা চাকচা হৈজানবা, লুহোংবা, ষষ্ঠী পূজানচিংবা থৌরমদা মীওই কয়ানা য়ুগী মথেল হাপ্লবা হৌরকপদা মণিপুবী নুপীশিংনা নুংনাংবা পোকখি। থাঙদা তাদা, ঈশৈদা জগোয়দা, শান্নবদা, কলা সংস্কৃতিদা মীকোক থোংবা মণিপুবী জাতিগী নহাশিংবু নিশাদগী কন্নবা চংশিল্লকপা ঈহৌনি। নুপীশিংনা লৈকায় লৈকায়দা য়ু থিংবগী খোঙজং চঙশিল্লকপদা মখোয়না অহিং মিশেল খাঙদুনা লম্বীদা য়ু থক্লগা লাকপা মী ফাবা হৌই। অথেঙবা অহিংদা লম্বীদা ফৈরেং তুরেং লাকপা নুপাশিং ফারগা য়ু থকপা ওইবম্লবদি ব্রারকই। মতুংমনাও য়ু থক্লবোই হায়না ব্রাশকহল্লি। ফাইন লৌবসু য়াওই। হঞ্জিন হঞ্জিন ফাবা মী য়াওরবদি পুলিসতা শিন্নে। নিশা থিংবগী খোঙজংদা নুপীশিংনা য়ু য়োনবশিংসু ফাদুনা দণ্ডি পী, য়ুগী চফু থুগায়। মীয়াম্না নুপীশিংদুবু নিশাবন্দ নুপী হায়না কৌনরকখি। তুংদা মখোয়বু মৈরা পায়বী হায়না খঙনরকখি। মসিগী মবমদি মখোয়না অহিংদা য়ারেক শন্ত্রি তৌবদা অমম্বা কোক্লবা মৈবা পাযবকপদগীনি। ইচম চম্না পায়খিবা মৈরা নত্তে। লৈবাক্কী য়াইফবা

পুরকহনবীয়ু হায়না লাইফমলেনশিংদা চৎতুনা লাইদা মৈরা কৎলগা অদুদগী মৈহুম উতোং চমখৎতুনা পায়খিবা মৈরানি। মৈরাদু মথং মথং চমখৎখিদুনা মণিপুরগী চী ংয়া তময়া, খুঙ্গং, লৈকায় খুদিংদা শন্দো রকখি। হৌজিক্তি মণিপুরগী মফম খুদিংদা মৈরা পায়বীগী লুপশিং লৈতবা য়াওদ্রে।

## মৈরা পায়বীশিং

মতমগী য়াওলদা মৈরাপায়বীগী পান্দম পাকথোক চাউথোরকখি। য়ু থিংলম্বদগী দ্রগকী মায়োক্তা চঙশিনবা তারকখি। মসিগী মরমদি খৃ : ১৯৮০ গী মতমদা মণিপুরদা নহাশিংনা দ্রগ শীজিন্নবা হৌরকপদগীনি। মণিপুরনা ম্যানমারগা ললোল ইতিক্কী ফাওনলম্বী ওইবকপদগী মীওই কয়ানা মণিপুর ফাওদুনা দ্রগ পুথোক পুশিন তৌরকই। নহা কয়ানা খঙনিংবদগী কয়া অমা, নীংবা কায়বা তৌফম খঙদবদগী কয়া অমা, থেমদুনা পীজবা কয়া অমা দ্রগ শীজিন্নবা হৌরকই। দ্রগ কাপ্পদা সিরিঞ্জ তিন্নবদগী মহিক লৌনদুনা মণিপুবগী নহা কয়া এচ আই ভি, এইদস শন্দোরকই। অদুনা মৈরা পায়বীনা দ্রগকী মায়োক্তা চঙশিনবা হায়বসি মখোয়গী পান্দম ওইরকপনি । মতিক মগুণ লৈরবা মরমদমগী তুংগী য়ুম্বীওইগদৌরিবা নহাশিংবু নিশাগী খয়াত্তগী কন্ননবা দ্রগ য়োনবা, দ্রগ চাবা থিংবনি। মসিগীদমক মখোয়না দ্রগনা থোকহনবা অমাঙবা কয়াবু মীশিংদা ভাব তাহন্নবা সেমিনার, কনফরেন্স পাঙথোকই, রেলী চৎলি, সরকারদা মেমোরেন্দম পীশিনবনচিংবা তৌই।

মৈরা পায়বীনা ঈহৌ অসি চংশিল্লকপদা সমাজদা অনৌবা সমস্যা অমা অমুক থেংনবা তারকই। মদুদি মণিপুরদা আইন অমসুং শান্তি রক্ষাগী ফিভম হেন্না ফৎচিল্লক্তবা অসিনি। খৃ : ১৯৯৩ গী মতমদগী মণিপুরদা ইনসর্জেনসিগী সমস্যা কনখৎলকখি। শান্তি রক্ষাগী, ইনসর্জেনসিগী সমস্যা থেংননবা সরকারনা মণিপুরদা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্ট চৎনবা হৌরকখি। অদুগা লোয়ননা মণিপুরদা আর্মি, পেরামিলিটরী ফোর্সসু পুশিল্লকখি। মদুদা প্রজাশিংনা য়াম্না মিপাইবা পোকনখি । লৈকায় খুদিংদা মৈরা পায়বীগী শঙ শাদুনা নুপীশিংনা খন্ন নৈনবা হৌরকখি। কোম্বীং ওপরেসন তৌগদৌরে ভাবদা পাখৎতুনা লৈকায় লৈকায়দা মৈরা পায়বীশিং পূন্না হৌরক্তুনা মতমদুগী চিফ মিনিষ্টরদা ৱাকৎচখি। মদুগী মরমদি কোম্বীং ওপরেসন তৌরবদি মীচম প্রজানা অৱাবা নংগনি, নুপী ওইবী কয়াগী ইজ্জৎ মাঙবা থৌদোক কয়া থোক্কনি

কিজবদগীনি। অসুম্না তৌহল্লোই হায়না সরকারনা মৈরা পায়বীশিংদা অইবা ওইনা পীরকখি। নীংশিবা য়াই চিফ মিনিষ্টরনা থোকখিবা ৱারোল ঃ

## অপিল

*ইম্ফাল, ফেব্রু : ২২, ১৯৯৩*

মণিপুরগী তম্পাক্তা লৈকায় লৈকায়গী ওইনা লৈরিবা নিশাবন্দি, মৈরাপায়বী ইমা, ইন্দোল, ইচল ইচে কয়ানা লৈকায় লৈকায়গী মরক্তা অমদি মী কুংনা তাবা মফমদা লৈরিবা লমহাংদা আর্ম্মি, পেবামিলিটরী লৈহনগদৌরে অমদি তম্পাক পূম্নমক্তা আর্ম্মিনা কোম্বীং ওপরেসন তৌহনগদৌবে হায়বগী অকিবা পোকপদগী লাকপা মীযামগী লুচিংবশিংগা ঐহাক্না ঙসি অযুক উন্নজববগী মতুংদা মখাগী ৱাফমশিং অসি ঐহাক্না ইমা ইবেলশিংগী মফমদা অচেৎপা ৱাফম ওইনা পীজরি মদুদি :

অহানবা ঃ তম্পাক্কী লমহাং অদুগা মী কুঙনা তাবা মফমদা লৈবা মফমদা আর্ম্মি, পেবামিলিটরী ফোর্সনচিংবা শুকথম থল্লোই।

অনীশুবা ঃ মণিপুরগী তম্পাক্তা আর্ম্মিনা কোম্বীং ওপবেসন তৌহনবগী ৱাফম লৈতে।

অহুমশুবা ঃ নহাবোলগী ঈরাং কনখৎলকপনা মরম ওইদুনা তঙাইফদবা মতাং লাক্লুনা তম্পাক্তা কোম্বীং ওপবেসন তৌবা তাবক্লবসু মণিপুব পুলিস, মণিপুব বাইফলস অমদি নুপী কনষ্টেবল, নুপী পুলিসনচিংবা শীজিন্নগনি। সিফাই মশীং ৱাৎলক্লুনা পেবা মিলিটরীগী মতেং লৌদবা য়ারকত্রবদি লৈবাক প্রজাগী শান্তি বক্ষাগীদমক লৌগনি। কোম্বীং ওপরেস্ন তৌবা খুদিংদা মণিপুর পুলিসকা লোয়ননা তৌগনি।

মবম অদুনা ইমা ইন্দোলশিংনা নুংশা থিবীদনা শান্তি ওইনা লৈবিনবা হায়জবি।

*সহি*

**( আর কে দরেন্দ্র সিংহ )**

মুখ্য মন্ত্রি, মণিপুর

অৱাবদি সরকারনা পীবিরকখিবা থাজবা অদুগী ওন্ন তৌনবদা প্রজানা অৱা-অনা কয়া নংবা হৌরকখি। কোম্বীং ওপরেসন চখ্থরকপদা মরাল লৈতবা মীওই কয়া ফাদুনা মখুৎ পুল্লগা লম্বীদা শা ষণগুম হোইদুনা পুই, ফাজিল্লি অদুগা থার্দ ডিগ্রী মেথোদকী পথাপ শীজিন্নদুনা মশাদা এলেকত্রিক শোক পীবা, ফৈজৈ চিংবা, পৌনম্বা, মনাতোন্দা ঈশিং হৈজিনবা, মকোক মমৈ ওম্থোক্লা মীদুবু য়ানশিল্লগা ফুবা, ওৎ নৈবনচিংবা চখ্থরকপদা মীওই কয়াগী পুন্সি মাঙখ্রে। শিহৌদবা কয়ানা পুন্সিদা মথৌ তৌবা ঙমদনা মীরেম ওইনা পুন্সি লেল্লি। নৌজরিবী নুপীজা কয়াবুনা মশাগী ইকাইখুম্ন বা মাংহনবী। মীয়াম মমাংদা মফনেক মুনবীবা য়াওই। মপুরোইবা, মচাগী মমাঙমক্তা নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনবীবগী থৌদোক কয়া শান্তি রক্ষাগীদমক থমলিবা মীশিংনা লমদমসিদা তোয়না থোকহল্লি । অদুনা মৈরা পায়বীনা তুম্বা চাবা খঙদনা মখল মখাগী লাল্লোং চখ্থরকই। মরাল লৈতবা মী ফাদুনা সিক্যুরিটিগী মীওইশিংনা পুখিবদা মৈরা পায়বীনা নমদুনা মুলহৌবা য়াওখি। আর্ম্মিগী কেম্পতা চঙদুনা মরাল লৈজদবা ফাখিবা মীদু পুথোরকপা য়াওখি। আর্ম্মিনা ফাম্বগা থিবা খঙখিদ্রবা মীওইশিং পুথোরকঁউ হায়দুনা মখোয়না ৱাকৎ মীফম ফমই। চঙবা য়াদে হায়বা মফমদা নমদুনা চঙশিল্লগা ফাহন্দুনা য়ানিংদবা ফোঙদোকই।

মৈরা পায়বীনা সমাজগী থৌদোক ৱাথোক কয়াবুসু নাথৈদুনা খক চৎতে। অয়াবা মওংদা খৎন চৈনবা, ভাব তানদবা থোকপদা শাংদাইনবা, শান্তি ওইবা মওংদা তেশিন্ননবসু মৈরা পায়বীনা হোৎনৈ।

অসিগুম্বা পাক চাওরবা পান্দম অসিনা মাঙদা থম্লগা থবক থৌরম কয়া পায়খৎলকপদা মৈরা পায়বীনা অৱাবা খুদোংথিবা কয়া মায়োক্নদবা নত্তে। অদুবু প্রজা মীয়ামনা থেংনরিবা অৱাবা কয়া কোকহন্নবগীদমক মখোয়না নীংহন্নবা লৈতনা হোৎনরি।

অদুম ওইনমক মৈরা পায়বীনা চখ্থরকপা থবক্তা অশোয়বা অরানবা কয়া য়াওদবসু নত্তে। খুদম ওইনা মৈরা পায়বীনা নুপা-নুপী ফারগা কন্যা কৎপা, মীগী মযুম শীদোক্নুনা মৈ থাবনচিংবা আইনবু খৃৎতা পায়বা মতাং কয়া অমা। মৈরা পায়বীনা য়াম্না অশানবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মতিক চাবী মীওইনা লুচিংদুনা চখ্থরবদি

লোয়ননা অখণ্ড অহেশিংনা মমায় চুন্নীববদি মণিপুরগী মৈবা পায়বীগী ঈহৌসিনা লৈতাদ্রবা মণিপুরী সমাজদা শান্তিগী ঈবা শোয়দনা খীকপা ঙমগনি থাজে।



খুত্তা মৈবা পায়দুনা চংশিল্লিবা নুপীশিংগী ঈহৌ

***

## (৫)

## শান্নখোৎনবগী লমদা মণিপুরী নুপী

মণিপুরগী নুপীদি মথৌনা, মরিংজেল, অখাঙ কনবা, মবুদ্ধি মরৌশিং য়াম্না লৈ। মণিপুরগী নুপীমচানা মখুত্তা কাঙজৈ পায়রগা শগোল তোংদুনা শগোল কাঙজৈ শান্নবা উবদা থোয়না ঙকনিংঙাই ওইরোই। মখোয়না মখল মখাগী পাঙ্গল ফুদোকপা মশান্না-ফুটবোল, হোকী, এথলেটিক্স, থাঙ-তা, মার্সেল আর্টস, ৱেট লিফটিং, সাইক্লিং, ফেনশিংনচিংবদা থোইদোকপা মগুণ উখোকই। মণিপুরগী নুপীমচা কয়ানা ভারতকী মহুৎশিন্দুনা নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেল স্পোর্টসকী থৌরমশিংদা শরুক য়াদুনা লৈবাক্কী মীংচৎ তৎতনা পুরক্লি।

ভারতকী নোংপোক লাংদাইদা পীকতকনা লেমজনা ঙাম্মোইরিবী মণিপুরসি পোলো (শগোল কাঙজৈ) মশান্নগী হৌরকফমনি। লমদমসিদা নাৎকী ওইবা মশান্না (ইন্দিজিনস গেমস) কয়া : থাঙ-তা, শরীৎ শারাক, খোঙ-কাঙজৈ, মুক্না কাঙজৈ, কাং অসিনচিংবা কয়া মমাংঙৈদগী হৌনা মীশিংনা শান্নদুনা লাক্লি। পীকলিঙৈদা নুপীমচাশিংনা উরাউবী, ফিবুল হাবী, অমাংগোই তান্নবী, সেবোটি কাওনবীনচিংবা মশান্না শান্নরকপনা মখোয়না চাউরক্লগা অতৈ মশান্নদা শরুক য়াবদা লায়না খোকই।

ওলিমপিক গেমসকী মওংদা মণিপুরী নুপীনা শান্নবা হৌরকপদি খৃ:১৯৪৭ কী মতমদগীনি । মায়কৈ অসোমদা চংশিল্লকপা পংকুই কুইদ্রগসু মখোয়না শান্নবগী লমদা নুপাদগী শোথদ্রে হায়বা য়ারে। নীংশিংবা য়াই খৃ : ১৯৯৯ গী ফে: ১৪-২৫ ফাওবা মণিপুরগী খুমন লম্পাক্তা শান্নখিবা ৫ শুবা নেসনেল গেমসতা মণিপুরগী নুপী শান্নরোইশিংনা শান্নবদা ফজনা শরুক য়াখিবদুনা মখোয়না মেদল কয়া লৌদুনা মণিপুরনা টীম চেমপিওন ওইবা ঙমখিবনি। লেমজনিংঙাই ওইরবা রাজা "ভলিশ দর সিংহ ট্রোফী" ফংহৌবনি । নেসনেল গেমস অদুদা নুপাদগী নুপীশিংনা মেদল মশীং হেন্না লৌবা ঙমখিবনি। নুপীমচা খরদি নেসনেল রেকোর্দ থুগায়খি । ৱাকিং রেসতা য়ুম্নাম বালানা, ৱেট লিফটিংদা সনামচা চনুনা। আরচরী, সুটিং, কববাদি,

ফুটবোল, হেন্দ বোলদদি নুপীশিংতনা মেদল লৌবা ঙমখিবনি । হৌজিক মখোয়না কেনোয়িং, ফেনশিং মশান্নদসু মাঙজিন থাবা ঙমলে। ফুটবোল মশান্নদদি মণিপুরগী নুপীমচাশিংনা নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেল থাক্তা ফজনা শান্নদুনা ভারতকী মীংচৎ পুদুনা লাক্লি। পুলিস দিপার্টমেন্টতা থবক তৌরবী এস কুমারীনা ফুটবোল মশান্নদা ভারত টীমগী কেপটেন অনীরক ওইখিবসি লেমজনিংঙাইনি। ফুটবোলদতা নত্তে দবলিয়ু সুরজলতা দেবীনা হাইদ্রাবাদতা পাঙথোকপা ফার্ষ্ট এফ্রো এসিয়ান গেমসতা ভারতকী হোকী টিমগী কেপটেন ওইখি। মশান্না অতৈদসু মণিপুরগী নুপী নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেল প্লেয়র য়াম্না লৈস্রে। পুম্নমক্কী মীং পনবা ওইথোকপা নত্তে ।

নীংশিংবা যাই খৃ : ১৯৯০ গী বৈজিং এসিযাদতা ভারতকী অহানবা মেদল পুবকখিবদু মণিপুবগী ৱেট লিফটিংগী শান্নরোই এন কুঞ্জরানী নি। মহাক্না য়ু কে গী মানচেষ্টরদা পাংথোকপা অহুমশুবা ৱেটলিফটিংদা, খৃ : ১৯৮৯ সাংহাইদা সেকেন্দ এসিয়ান ৱুমেন ৱেট লিফটিংদা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা শান্নবদা ভারতকী মীংচৎ পুবকপা ঙমখি। ঙসিসু কুঞ্জরানীনা মশাবু ফিট ওইনা থমদুনা ২০০৬ কী মার্চ্চতা মেলবোর্নদা শান্নবা ৮ শুবা কমন ৱেলথ গেমসতা অচৌবা রেকোর্দ থম্না ঙমখিবনি। মহাক্না শান্নবগী লমদা খূদোল তম্ববু শকখঙবীদুনা খৃ : ১৯৯১ দা "অর্জ্জুন এৱার্দ" পীদুনা ইকাইখুম্ন খি। বেনুবালা চনুনসু ৮ শুবা কম্মন ৱেলথ গেমসতা সনাগী মেদল ফংদুনা ভারতকী মেদল মশীং হেনগৎহনখি।

বোক্সিংগী মশান্নদা হেন্দোক থোইদোকনা নীংথিজনা শরুক য়ারিবা মণিপুবগী শান্নরোই অমদি এম, সি মেরী কোমনি। হৌজিক হৌজিক ৱার্লদ চেম্পিয়নর্নি । মহাক্না ভাবতকী মফম কয়াদা পাঙথোকপা বোক্সিংগী চেমপিয়নশিপতা, ভাবতকী ৱাংমদা হঙ্গেরীদা ২০০২, হিসাবদা ২০০৩, টাইৱানদা ২০০৫ দা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা শান্নবদা মীংচৎ পুরকখি। মহাকপু ২০০৩ দা ভারত সরকাবনা "অর্জ্জুন এৱার্দ" পীদুনা ইকাইখুম্নখি। খৃ : ২০০৫ দা মেরী কোমদা পদ্মশ্রী সু পীখ্রে।

শান্নবগী লমদা পীবা লেমজনিংঙাই ওইরবা "অর্জ্জুন এর্ৱাদ" ফংবা মণিপুরগী নুপী শান্নরোই অতৈসু লৈরি। মখোয়দুদি কে এস এচ তিঙ্গে াংলৈমা (হোকীদা) ২০০০ দা, টিএচ সনামচা চনু (ৱেটলিফটিংদা) ২০০০, দবলিয়ু সুরজলতা (হোকীদা) ২০০৪, এল ৱোজেশ্বরী দেবী (জুদোদা) এল সরীতা ২০০১ দা বেঙ্কোক ২০০২ দা দুবাইদা সরীতাদা ২০০৪ দা নোরৱেদা ২০০৪ দা রাসিয়াদা ভারতকী মহুৎ শিনদুনা বোক্সীং টুরনামেন্টতা শরুক য়ারুবদা মায়পাক্লা মেদল লৌরকখি, ভাবতকী মীংচৎ পুরকখি।

হন্দক্তা দিল্লিগী টালকাটোরা ষ্টেদিয়মদা (২০০৬) পাওথোকখিবা ৱার্লদ ৱুইমেন্স বোক্সিং চেম্পীয়নসিপতা মণিপুরগী বোক্সিং শান্নরোই মেরীকোমনা ৱার্লদগী হেডট্রীক ফংবা অহানবা বোক্সিং চেম্পীয়ন ওইখি। ৱার্লদ চেম্পীয়ন ওইখিবী মণিপুরগী নুপীমচা অমনা লাইশ্রম সরীতানি। মহাক্না কেজি ৫২ কেটেগোরিদা গোলদ মেদল ফংবা ঙমলকখি। মেরীকোম অমসুং সরীতা শান্নবুংদা অরংবা থৱানমীচাকনি।



মেরি কোম অমদি সরীতা

পীকথ্রবা লমদম, মী লাক্ষ ২৫ রোমদমক লৈবা মণিপুরদগী নুপীমচা শান্নবোইশিংনা ঙসিদি ওলিমপিক গেমসতা শরুক য়াবা ঙমলে। মণিপুরগী নুপীমচা টিএচ সনামচা চনু না সিদনী ওলিমপিক ২০০০ অমসুং এথেনস ওলিমপিক ২০০৪দা ৱেটলিফটিংদা, এল ব্রোজেশ্বরীনা জুদোদা সিদনী ওলিমপিকসতা শরুক য়াবা ঙমখি। এথেনস ওলিমপীক ২০০৪ দদি এন কুঞ্জরানীসু শরুক য়াখি। মথংগী ওলিমপিক গেমসতদি মখোযনা শোয়দনা মেদল লৌরক্কনি হায়বগী থাজবা লৈ।

মতম অমদদি ওলিমপীক গেমসতা নুপীনা শরুক য়াবা য়ারমদবনি। অদুবু ঙসিদি নুপীনা ওলিমপিক গেমসকী শান্নবদা থোইদোকপা মহাও অমা হাপপা ঙমলে। জিমনাষ্টিক, টেনিসনচিংবা মশান্নদদি নুপীনা নুপাদগী হেন্না ফজনা মায় পাকলে। শান্নবনা মণিপুরী নুপীদা তোপ তোপ্পা শক্তম অমসু হোংদোকহল্লে। নুপীদি পাঙদবীনি, অবলানি হায়নবম্বদু যাদ্রে। নুপী শান্নরোইশিংদি মকে শেমদে, শম তেন্না ককই। চেনবা চোংবদা চুনগদবা ফিজোল শেৎলি। মণিপুরদি শান্নবগী মায়কৈদদি য়াম্না ইনাক খুল্লগসু শান্নরোইশিং মগুণ য়াম্না লৈরবসু শেনথুমগী ফিভমদি য়াম্না ফত্তনা লৈবি। মতম শাংনা মতিক চাবা ষ্টেদিয়ম, এস্ট্রো তর্ফ হোকী ফিলদ, সুইমিং পুল, ভেলোড্রোমনচিংবা মশক উদনা লাকপনি। অদুবু ৫ শুবা নেসনেল গেমস মণিপুরদা পাওথোকপা অদু নংনবা খুমন লম্পাক্তা অমমমদি শেমগৎতুনা লৈরে। খুল্লকী লমগী ওইনদি স্পোর্টস এনফ্রাষ্টকচর য়াম্না ৱাৎলি। হৌজিক চহী খরা অসিদা লৈকায় লৈকায়দা

য়াওশংদা স্পোর্টস তৌবা চৎনরকপা অসিনা মীয়ামনা স্পোর্টসবু পুক্লিং থৌগৎপীবগী এৱারনেস পীবদা মতেং অমদি ওইরগনি। ২০০৪ দগী হৌনা ডিপার্টমেন্ট অফ য়ুথ এফেয়রস অমসুং স্পোর্টসনা ফে : ২৫ বু শান্নরোইশিংগী নীংশিং নুমিৎ হায়না থোং দুনা নেসনেল অমসুং ইন্টর্নেসনেল স্পোর্টস পারসনদা ইকাইখুম্নবা উৎপগী থৌরম অমা চখরক্লি। শান্নরোই নুপীমচা কয়াদসু মমেন্টো অমসুং সারটিফিকেৎ পীবিদুনা, ইকাই খুম্নবা উৎপিবা অসি শান্নরোইশিংবু পুক্লিং থৌগৎপিবনি অফবা খোঙথাংনি হায়নিংই।

শান্নবা হায়বসিদি মেদল লৌনবগী প্রাইজ ফংনবগী ঙাক নত্তে। অৱা পোত্থাবা, নুংঙাইনা মতম লেন্নবগীদমকসু মীপুম খূদিংনা শান্নবা তাই। শান্নবদা নুপীশিংনা হেন্না পুক্লিং চৎশিনবনা হকচাং ফনা থম্বদা কান্নবা ওইগনি। ইচম চম্বা মশান্না, যোগ মশান্না, পাঙ্গল য়াম্না ফুদোক্তবা অহল ওইরবী নুপীশিং ফাওবনা শান্নবা য়াবা মশান্না কয়া লৈরি। মদুদা শরুক য়াদুনা অৱা অনা কাউথোকপা ওইথোকই অদুবু অয়াম্বা নুপীশিংনা য়ুমগী থৌয়াম পুবদা, লায়রবগী চৈনাখোলনা য়ৈরকপদা শান্নবা ইফং ফংবা নত্তে। পিকলিঙৈদা নুপীমচাশিংনা নুমিদাংৱাইরমদা লৈকায়গী শুমাংদা, লমপাক্তা চেন চোংদুনা নাৎকী মশান্না কয়া শান্নরমবদুসু কয়া তৌনরক্তে। লম খোপচিন্নখিদুনা শান্নফমসু ইরৈ লৈশিল্লকত্রে। ঐখোয়না নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেল থাক্তা নুপী শান্নরোয় য়াম্না পুথোকপা ঙম্নবগীদমক্তসু পাক্তক্লা নুপীমচাশিংবু শান্নহনবীগদবনি। ইমুংগী অহল মমা মপানা মখোয়বু শান্নবদা পুক্লিং থৌগৎপিফম থোকই। শান্নবদা য়াওবা হায়বসি অরেম্বদা মতম মাঙহনবনি হায়না লৌবা চুমলোই। শান্নবগী মচাক মথুম পিবীদুনা, অফবা চিঞ্জাক পীজদুনা, ঙাকপি শেনবীদুনা নুপীমচাশীংবু শান্নবদা পুক্লিং থৌগৎপিবা হায়বসি অফবা খোঙথাং ওইগনি হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক্লা য়াফম থোকই।


শগোল কাঙজৈ নুপী শান্নরোই

শান্নবগী থৌরম অদুক্কী মতিক পাঙথোকলিমখৈ, ওলিমপিক গেমস তোয়না শান্নরিমখৈ, হেন্না ফবা নহারোল পুথোকপা ঙমগনি। শাওনবা খৎনচৈনবা তোক্তুনা, থকসি খাসি থমদুনা, মীয়াম্না শান্নবদা হেন্না শরুক য়ারবদি সমাজদা ইংথবা, তপথবা, শান্তি পুরকপদা অচৌবা মতেং ওইগনি ।

***

(৬)

## মতমগী য়াওলদা মণিপুরী নুপী

হৌখিবা চহী ১০-২০ সিগী মনুংদা মণিপুরী নুপীশিংগী ফিভমদা অহোংবা কয়া লাক্লি। অহোংবা লাক্লিবা অসিগী মরমদি বিজ্ঞাননা চাওখৎলকপদগী মহৌশাগা বিজ্ঞানগা মুক্নবকপা, লম্বীথোং ফগৎলকপা, মেদিয়াগী মতেংনা ঈ পাও ফাওনবকপা, লম অমগা অমগা হেন্না নর্কশিন্নবকপা কয়া অসিগী শউমনা নুপীশিংদা যৈরকপদগীনি। নুপী কয়ানা কলচব অতৈগী মতৌ তমদুনা ফিজেৎ চাকচা হোংলকই। অদুনা হৌজিক মতমগী নুপীশিংনা নাৎকী ফীজেৎ থাদোকতুনা শেৎনীংবা শেৎপা , ফি লিকনা শেৎতুনা হকচাংগী কয়াৎ উৎথোকতুনা ফেসন সো, বিউটি কনটেস্টতা শরুক য়াবা উরি। অদুমনা শেৎ চাবদু হান্নগী মীরোলনদি ইকাইনরম্বনি। ফিজেৎ চাকচাদা, নুপীশিংগী ৱাখলদা, থবক শুবা নোম্বগী মওংদা, নুপাগা নুপীগা লৈনবা মরীদসু খরগী মখে অহোংবা লাক্লি। লাইবিক লাইশু হৈরকপদগী নুপীশিংগী ৱাখলসু পাকথোক চাউথোরক ই। মদোম নীংতমনা ৱাখল খল্লকই। মমাংঙৈগী মতমদগী নুপানা মকোক থোংনা লৈরকপা সমাজ অসিদা নুপীশিংনা মশাগী চপচাবা ফিদা অমা থিবা হৌরকই। মখোয়না অধিকার মান্নবগী, জেন্দর ইকেলিটিগী, ৱুইমেন এমপাৱরমেন্টকী ৱাফম হৌদোরকই।

অমরোমদনা লম মরাং কায়না লৈশিল্লকতবদগী লমতু উমং ৱামং কোকথোক্তুনা লৈফম, শহর শেমগৎলকপদগী লমদমসিদা ফংবা পোৎচৈ মনা মশিং লৈশিল্লকএ। চেংহি ময়াল হেক্তুনা চেংহি ফুৎতুনা কোক-লুজরম্বদুগী মহুত্তা শমপুনা মহুৎ শিল্লে। শম শাংবা পামনরক্তুনা নুপীনা শম তেন্না ক্কপা চংনবী ওইরে। নুপীগা মরী লৈননা হোংলকলিবা মায়কৈ খরদং নৈনজরি ।

## চাওখৎ থৌরাং কয়ানা নুপীশিংদা হেন্না নীংতম্বা পীবা

মমাংঙৈগী মতমদা নুপীশিংনা ইমুংদা থবক ইনখাং নোম্বদা মতমশাংনা চঙলমই। চাকখুমদা চক মৈ য়াঙদুনা মৈখু মবক্তা চাক ইনশাং থোংবদু হৌজিক্কী মতমদদি ইরা ব্রাদনা গ্যাস, কুকর, স্টোব, ফ্রিজ, থর্মোস ফ্লাস্ক শীজিন্নদুনা য়াম্না থুনা পাঙথোক্ল রে। অদুনা নুপীশিংনা অহাঙবা মতম য়াম্না ফংলে। মখোয়নবু পামলবদি থবক অমা নত্রগা অমা চৎথবগী মতম ফংলবনি। মদু তৌবদসু অপনবা থোইনা লৈত্রবনি ।

লাইবিক লাইশুগী মঙাল ফংলবী নুপী খরদি ওবগেনাইজেসন শেমগৎতুনা সমাজগী থবক থৌরম পায়খৎপা হৌরকই। তোঙান তোঙানবা হিরমদা মশাগী হৈনবী মগুন ফোঙদোকনবগী তাঞ্জাসু ফংবা ঙমলকই। মখোয় খবনা খোর্জে পায়দুনা মখোয়দা ফাওবিবা ব্রাখল, থেংনরিবা সমাজগী মতাংদা ইবা হৌরকই । সমাজদা নুপা নুপীগী লৈনবিবা মরীদা মিৎয়েং থমদুনা মান্নবা খুদোংচাবা পীবা, নুপীবু ইজ্জৎ ব্যবহারগা লোয়নবীবা পাম্বগী ব্রাখল ফোঙদোক্কুনা ব্রারেং শৈরেং, ব্রারীমচা, নোভেল নচিংবা ইদুনা খুদোল তম্না হৌবকই।

## থবক শূনোম্বগী মতাংদা

লৈবাক্কী শেল থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবগীদমক নুপীনা শূনোম্বদা শরুক য়াদুনা লাক্লি। খুঙ্গংগী লমদা নুপীনা খুৎনা থবক শূবদা শরুক য়াবসি মরুওইনা লৌউ শিংউবগী থবক্তনি। মসি খৃ: ১৯৯৯-২০০০ দদি নুপীনা লেবর ফোর্সকী ২৫.৭ % নি খুঙ্গংগীদা, অর্বানগীদনা ২২.৫ % ওইরি। মণিপুবদা খুৎনা থবক শূনোম্বদা নুপীনা চাউনা শরুক য়াবগসু নুপাদগী খুৎশুমন তানা ফংলি। শূফম নোমফম মতিক চাদে। ভাবতকী মফম অতৈদা খবা মচুতাবা (ওরগেনাইজ সেক্টরদা) থবক তৌবা নুপীসি ১৭% নি অদুগা মণিপুবগীদি ৩.৮% লাখকী হিসাপতা। অতৈদি জুগোৎ চাদবা থবক্তা হিংনবগীদমক মওং অমদা নত্রে অমদা শূনোম্বনি। মণিপুরদা নুপীনা তৌরম্বদি ফিশা লোনশা, ইংখোলগী পোৎ মনা মশিং য়োনবনচিংবনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি শেল থোক্লবগীদমক মমাংঙৈদা তৌবমদবা য়ুম শাবা, লম্বী শেম্বগী জুগালী ওইবা, তুরেল খোঙবান্দগী নূং লৈঙোই পেকপা, সিনেমা টিকেৎ কালাবাজার তৌবা য়ু যোনবনচিংবগী থবক্তা নুপী মশীং য়াম্না উবা ফংই। কৈথেল ফমদুনা লৈবা য়োনবগী থবক্তি হান্নদগী নুপীশিংনা তৌবা থবক্লি। অদু ওইববসু চহী খরা ব্রাইশিল্লক্লবা ময়ুম

মকৈ পাল্লবশিংনা কৈথেল ফমলম্বনি। হৌজিক্কী মতমদদি চহী য়াম্না নৌরিবী নুপীশিংনা কৈথেলদা থোরক্লে। মযুম পান্দ্রিবী মুসলিম নুপীমচা, ট্রাইবেল নুপীমচাশিংসু কৈথেলদা ভেন্দর ওইবা য়াওরে।

লাইরিক হৈরবী নুপী মচা খরদি যুম যুমদা চৎতুনা কম্পনীগী পোৎ চৈ য়োনবসু থেংনৈ। অদুম ওইনমক মখোয়গী শেল থুমগী ফিভম য়াম্না ফগৎপদি নত্তে। মশানা থোকচবা শেল অদু মশানা নিংতম্না কন্ট্রোল তৌজবা ঙম্বসু নত্রি। অয়াম্বা ললোন ইতিক তৌরীবিশিং ভেন্দরগী থাক্তা লৈ। মখোয়না মহাজনদগী ললোলশেল পুরগা নোংমগী ওইনা শেন্দোয় চাওনা হুল্লি, মহাজননা অয়াম্বা শেন্দোং ফংই। সরকারগী স্কীম কয়া নুপীগী চাওখৎ থৌরমগী লৈদুনসু অয়াম্বা নুপীশিংনা মদুগী মরম থোইনা খঙলুদে, অদুগা মদু লৌদুনা শীজিন্নবসু ঙমদে। হিংনবগীদমক শেল তানবনি।

মণিপুরদা নুপী ইন্ট্রিপ্রিনরস খরদি থোরকলে। মখোয়না ফিশা লোনশা, লোনবগী খোৎপগী থবক তৌদুনা মায় পাকনা মশানা মশাবু থবক পীজবা হৌরে। অদুবু মখোয়না রো মেটরিয়েল ফংদবদগী, লম্বী থোংগী ফিভম ফত্তবদগী খুদোংচাদবদি থেংনৈ। সেল্ফ হেল্প এন্টিপ্রেনর নুপী অমনা থাদা লু : ২০০০ ফাওবা ফংবা য়াওই।

অদুবু মখোয়গী পোখোক্কী মমল ৱাংই। অদুবু মখোয়গী ফংলিবা শেন্দোং অদু মখোয়না থাদখিবা মতম, হৈশিংবা, অনোম্মল অদুগা য়েংনবদা য়াম্না হষ্থে।

ইয়োংগী পোখোক হম্বগী অচৌবা মরম অমনা নৌনা হৌরকলিবা নুপী মচাশিংনা জিন, সালৱার, মেক্সি, মেদি, সারীনচিংবা ফিজোন্না হেন্না শেৎনরকপদগীসুনি। ইয়োংগী পোখোক্তগী মপাল লমগী পোৎশিং অসিনা মমল হোংনসু ফংবা ঙম্বদগীসুনি । যুমদা নুপীনা শূনোম্বা অসি য়াম্না অৱাবা থবকনি অদুবু মসিদি শেম্বোক লৈতবা থবকনি হায়দুনা থানবীদে।

অফংবা রেকোঁদ মতুংইন্না খৃ : ২০০১-২০০২ দা সরকারগী থবক তৌবা মী মশিং ৭২,৫০৪ ওইবদা নুপী মশিংনা ২৬,৪৬৫ নি হায়বদি ২৩% নি । নুপীশিংনা তৌরিবা থবক শিংদি ক্লারিকেল, টিচিং, নর্সিং, মেদিকেল, লিগেল প্রোফেসন্নচিংবদনি। সাইন্স অমসুং টেকনোলোজিগা এদমীনিস্ট্রেসন, একজিক্যুটিভকা মরী লৈনবা দিপার্টমেন্টশিংদা নুপী অমা অনীদি য়াওরে, মশীংদি য়াম্না য়ামদে।

### এমপাৱরমেন্ট অমসুং দিসিজন মেকীং

নুপীগী শক্তি হেনগৎহন্নবগী সরকারনা থৌরম কয়া লৌখৎলে অদুবু নেসনেল হেলথ সরভে ১৯৯৮-৯৯ গী মতুংইন্না মণিপুরগী নুপীশিংদি ৱারেপ লৌবদা য়াওদে হায় শুপ্পগী ৩.৩% দমক য়াওই। করি থোং থাক্কদগে হায়বগী ৱারেপ লৌবদা নুপীনা ৮৭.৪% ; হকচাংগী চেকশিন থৌরাংগীদা ৪৩.৩%; অকে অমৌগীদা ৬৬.৩% ; মমা মপা নত্রগা মচা মশুগা লৈমিন্নবগীদা ৬৩.২%; কৈথেল কাবগীদা ২৮.৩% মরুপ মপাং উন্নবগী ২৮.৩% গী ওই। চহী ২৫দগী ৪৯ গী নুপীশিংনা ৱারেপ লৌই হায়রি। অৱাংবা থাক্কী ৱারেপ লৌবা ঙম্বা নুপী চানসেলর , কনট্রোলর অফ একজামিনেসন, রেজিস্ট্রার ওইবদি য়াওদ্রি। খ্: ১৯৯৭ -১৯৯৯ দগী হৌনা ইলেকসন্দা নুপী ভোটরসি ৫১-৫৯% ফাওবনি। নিপালশুবা বিধান সভা মীখলদা নুপী মীরেপ অমা ভোট কাই। মাপলশুবা বিধান সভা মীখলদা নুপী মীরেপ ১২ ভোট লেপ্পি। অমত্তা কাদে। গ্রাম পঞ্চায়েটতদি নুপীনা ৩৬%নি, জিলা পরিসদতনা ৩৬% ২২নি।

ময়াম্না হায়নবদি মণিপুরগী নুপীশিংদি কল্লি, থৌনা ফৈ, ইচও থৌই অসিনি। অদুবু ৱারেপ লৌবদা নুপী ইয়াও য়াওবা ঙমদনা লৈরি। রাজনীতিগী লমদা মণিপুবগী নুপী য়াম্না শোত্থারি।

### নুপীগী হেলথ

নুপীগী ফিভমদা হান্নগী ওইরম্বা মওংদগী অহোংবা লাকপা অমদি মখোয়গী হকচাং ফনা থম্নবগী মায়কৈদনি। লাইরিক লাইশু হৈদুনা লৌশিং মঙাল ফংলবা নুপীশিংনা অঙাং মশীং য়াম্বা পাম্নবক্তে। মখোয়না য়াইফ য়ুম্বালগী থৌবাং লৌবা পামলকই। অদুবু মখোয়গী নুপাগী অয়াবগী মখা পোন্দুনা লৈ। মীবোল্লবী নুপীনা হোসপিতালদা ক্লীনিকতা চৎতুনা মশা চেক তৌহনবা, হোসপিতালদা অঙাং উনবা হেন্না পাম্নবক্লি। ১৭.৩% না হোসপিতালদা ২৩.৬%না মাইবীনা অঙাং পোকই হায়বসি অফংবা বেকোর্দতগী খঙবা ঙমই। খুঙ্গংগী মনুং হুনাজনবা মফমদা লম্বীথোং ফত্তবগী হোসপিটাল য়ৌবা ঙমদনা চাবোকপী নুপী শিবা য়াম্না থোকই।

অফবা চিঞ্জাক চাবা ফংদবগী, চিঞ্জাক ৱাংনা চাবদগী নুপীদা ম্যেল ন্যুট্রিসনগী চাং ৱাংনা লৈ। মীনা য়াম্না কিনরিবা লায়না এইদস, হেপাটাইটিস, এনিমিয়া নাবা নুপী মশীং হেনগৎলে। মণিপুবদা নুপীগী fertility rate অসি ৩.০৪ নি। হেন্না

পাম্লবদি ২.৫ ওইগদবনি। HIV Positive ওইবা নুপী মশীং হেনগৎলকলি। হান্নদি অসিগুম্বসি লৈরমদবনি। খৃ :২০০০ দা HIV Positive ওইবা নুপী মশিং ৪০১,খৃ: ২০০১ দা ৩৭২ নি। মণিপুরগী লম্বী থোং ফত্তবা, খুঙ্গংগী, চীংগী মনুং হুনজিন্না লৈবা মফমশিংদা লাইয়েংনবগী খুদোংচাবা লৈত্তবা, দাক্তর ফংদবা কয়ানা নুপীগী হেলথতা শীংনবা ওইরি। অঙাং পোকপদা নুপী শিবগী চাং ৱাংই। মসিনা নুপীগী মশীং হুম্থবগী মরম অমসু ওই।

খৃ: ১৯৯৯ অমসুং ২০০১ গী মীকোক থীবগী মতুংইন্না মণিপুরগী সেক্স রেসিওসি ১৯৯৯ দা নুপী ৯৫৫, ২০০১ দা ৯৮২ নুপা ১০০০ খৃদিংগী। অঙাং ১০০০ পোকপা খৃদিংগী নুপী-মচা ৭১ দি চহী ফাদনা শি। মণিপুরদা নুপীগী হিংবগী চাংসি এভরেজদা ৬২নি।

সেনিটেসন, লূবা নানবগী ফিভম, হকশেলগী ফিভম ফত্তবা, থক্লবগী অফবা ঈশিং ফংদবা , হকচাং ফনা থম্লবগীদমক পৈশা থাদবা ঙমদবা মরম কয়া অসিনা নুপীগী হেলথ ফনা থম্বা ঙমদে। মেদিকেলগী তেংবাং ৱাংপনা নুপীশিং নাবগী, চাবোকপদা শিবগী মরম ওই। মতমগী য়াওলদা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজদা নুপীগী ফিভমশিং অসিদা অহোংবা খরদি উরগসু মমাংঙৈদা ওইরম্বা ফিভমদগী ফগৎলবনি হায়না লৌবা য়ারব্রা হায়বসিগী মতাংদা খরগা কুপ্না খন্ননিংঙাই ওইরি। থায়নদগী চৎনরকপা মতমগা চুনদ্রবা চৎনবীনা নুপীবু হুম্থবা থাক্কী মীওইনি খনবা, নুপীনা অসি তৌবা য়াই য়াদে হায়বা, নুপানা নুপী লোনবনচিংবশিং হৌজিকসু অদুম লৈরি। খুঙ্গংগী লায়রবা অঙাংশিং মরুওইনা চহী ৭-১০ ফাওবগী নুপীমচাশিং কয়াবু ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মীশিংনা য়ুমগী থবক ইনখাং নোমহন্নবগী ফিশু ফিজামগী , অঙাং লৌহনবগী থবক্তা শীজিন্নবা অসিসু মমাংঙৈদদি তৌনরমদবনি। অদুবু হৌজিক্তি মশীংসু অদুম হেনগৎলক্লি । আইন্নদি মসি য়াদে হায়রিবনি। আইন লৈদুনসু নুপীনা মমা মপাগী সম্পতি ফংবা নত্রি।

মতমগী য়াওলদা ঈথক ইরৈনা কয়ামা হুমজিল্লকপা অসিদা মণিপুরগী নুপীশিংনা ইংনা তপ্না লৈরম্বা শক্তমদু কায়রকক্রা হায়বগী নুংনাংবদি ফাওই। অওনবদি লাক্লে অদুবু ঙসিসু নুপী পোকপদা হয়াওনত্রি মণিপুরী সমাজদা।

## নুপীগী ইজ্জৎপু নমজা নমথেকপিবা

মতমগী য়াওলদা সমাজদা হোংলকলিবা হিরম কয়াগী মরক্তা য়াম্না পুক্লিং নুংনাংলিবা অমদি নুপীগী ইজ্জৎপু খোঙগাওনরকপা অসিনি । মনিপুরদি মহৌশা লাইবেম্বীগী শান্নবুংনি । মীশিংনা মনিপুর ইমাগী মতম্বাক্তা ইংনা চিক্লা শান্নজবনি । কলা সংস্কৃতিদা পুক্লিং লুপচবনি । নুপী ওইবীশিংবু নুপাশিংনা মমা মচে-মচলগুম লুনা চান্না তৌজবনি, ইকাই খুম্নজবনি । অদুনা নুপীশিংনা অকি-অখঙ য়াওদনা মথৌদাং নিংথিনা পাংথোকপা ঙমজে। চীংদা কাদুনা শীং চল্লি, পাৎতা কুমদুনা ঈল চিংই, লোং খোল্লি, কৈথেল কাদুনা পোং-চৈ য়োল্লি। অসুম্না থবক তৌবদা অকি তুজুংবা লৈরমদবনি ।

ঙসিদি ঐখোয় কুনমাথোয়শুবা শতাব্দীদা খোঙ থাংজিল্লে । বিজ্ঞান চাওখৎলে, অনৌ অনৌবা টেকনোলোজি পুথোকলে । মীওইবা ঐখোয়না মতম শাংনা মঙজরকপা মঙ কয়াসু মঙফাওনরে । পৃথিবীগী লৈরোল কয়াদা, ঈরোম্নুংদা, অহাংবা শুনদ্রং অতিয়াদা থিজিল খোৎচিল তৌদুনা অনৌ অনৌবা পোৎশক কয়া অমা পুথোকপা ঙমলে । অমরোমদা নুপীগী ফিভম ফগৎহন্নবগীদমক আইন কয়া অমা শেমদুনা লৈরে । ভারতকী ওইনদি সংবীধাননা নুপাগা নুপীগদা মান্নবা খুদোংচাবা, অধিকারসু পীদুনা লৈরবনি।

অসিগুম্বা পুম্নমক অসি লৈরগসু নুপীদা নমজা নমথেকপা, মখোয়গী হক মাঙহনবা থৌদোক্তি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি । হৌজিক্তি লমদম অসিগী ফজব্রবা সংস্কৃতি, পবমপবা মাঙশিল্লক্লে । মমাংঙৈগী মতমদদি নুপীগী মপোৎ ঙক্কী লৈতেং নাদা চিনবা সনা, খুৎকী খুজি লৌবমদবনি হুরান চিঙ্থি তৌবা মীনফাওবা অদুবু পুম্ন মক অদুসু লোইনা মাঙশিল্লকলে । মতম অদুগী মনিপুবী সমাজদা নুপাগা নুপীগা লৈনবম্বা ফজব্রবা মবী, ব্রাখল থাদোক্তুনা ঙসিদি নুপীবু সেক্স ওবজেক্ট ওইনা খন্দুনা তাহৈ উহৈদ্রবা, নুপীদা নমজা নমথেক্লবগী থৌদোক কয়া মথং মথং থোরক্লি । নুপাশিংনা নুপীদা শক্তি শীজিন্নদুনা কবেম কথায়নবা, মোলেষ্ট তৌবা, কিদনেপীং, হেবাসমেন্ট, বেপ তৌবগী থৌদোক তোয়না থোবকলি । নুপানা মথকথোংবা পেত্রিয়াকেল সমাজ অসিদা, চাওখৎলে হায়রিবা বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা, নুপীশিংনা

সমাজদা অফবা খুদোল তমদুনসু ইজ্জৎ সম্মান ফংবদি ওমদ্রি। অদুনসু নুপী পোকপা পাম্নদবগী মরম অমা ওইরি । অদুনা বিজ্ঞানগী পান্থে শীজিন্নদুনা পুক্লুংদা লৈরিবা অঙাংবু নুপারা নুপীরা খঙদোকলগা, নুপী ওইরবদি অঙাংদু তাইবংপান উবা ফংজদনা হাৎতোকপীবগী কলচর অমসু কন্না শেমগৎলক্লি।

তৌববুদি নুপীদা নমজা নমথেক্লবগী কলচর অসি মনিপুরগী ওাক্তসু নত্রি। মালেমগী মফম কয়াদসু নুপী কয়ানসু মায়োক্ল রিবনি হায়বসি এমনেষ্টি ইন্টরনেসনেলগী রিপোর্টতগী খঙবা ওমই । রিপোর্ট অদুনা হায়রিবদি ওসি মালেম অসিদা নুপী মিলিয়ন কয়ানা মখল মখাগী ওৎপী নৈবীবগী অৱাবা চৈথেং ফংলি। নুপীশিংদুনা মখোয়গী নুপানা নত্রগা মরী মতানা, খুৎশুমনগীদমক থবক নোমলিবা য়ুম্বুদুগী মীনা ফুবীবা, মশানা য়াজদনা নমদুনা থবক তৌহনবা, ইজ্জৎ মাঙহনবগী নুংঙাইতবা, অৱাবা মায়োক্লরি । রিপোর্ট অদুমক্লা হায়রি নুপী ১০০গী মনুংদা ৪০দি মাগী নুপানা মখজাইদা খুবাক্লা থাজিনবা, খোঙপাক্লা কাওবা, মশানা য়াদনা খুভম শাভম তৌবা অসিনচিংবসি থেংনরি।

ভারতকী ওইনসু দিল্লীদা, মহারাষ্ট্রদা, মধ্যপ্রদেশতা, রাজাস্থাননচিংবদসু নুপীদা ক্রাইম তৌবসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি । থোইদোক্লা নুংনাংলিবদি ইংনা তপ্পা শান্তিদা লৈরম্বা মনিপুরদা ক্রাইম কয়া নুপীশিংদা থোকহনবীরিবসিনি।

মমাংঙৈগী মতমদা থোকলমদবা অকি তুংজুংলবা হিংসাগী থবক কয়া নুপীশিংদা থোকহল্লকলিবসিদা পিকলিবা অঙাং নুপীমচা, মীরোনবী নুপী, চহী রায়শিল্লবী নুপী ফাওবদা রেপ তৌবগী পাও তোয়না তারি , পুলিসকী রেকোর্দতা লৈরি । ইকাইবদগী নত্রগা কিহনবদগী ফোঙদোকতনা লৈবা কেশ কয়া অমসু লৈরি । থোইদোক হেন্দোকনা নুপীশিংনা ইকাই ফিরুক খুম্বগী থৌদোক কয়া মায়োক্লবদি লমদম অসিগী শান্তিরক্ষাগী লৈরিবা মীওইশিংনা থৌওই উশিত্তনা নোংমৈ চিনদোনদা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবগী থৌদোক কয়া অসিনি ।

মসিগী মতাংদা মনিপুরী সমাজদা হোংলকলিবা ফিভম খরদি নৈনফম থোকই । মনিপুরনা থেংনরিবা সমস্যাশিং খরদি মীশিং হেনগৎপগী, লাইরিক-লাইশু হৈরুরগা থবক ফংদবগী, শেল থোক্লবা শূফম নোমফম লৈতবগী, নহাশিংনা য়ু, ড্রগ

শীজিন্নবগী, মীশিংনা এইচ. আই. ভি এইদস শন্দোরকপা, ইনসরজেনসিগী সমস্যা অসিনচিংবা অসিনি হায়বা তাই।

ইনসবজেনসি নমথনবগী পাম্বৈ ওইনা লমদমসিদা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱাব এক্ট, ১৯৫৮ চলাইরকই। এক্ট অসিগী মরুমদা শান্তি ঙাকপশিংনা পামদবা থৌদোক কয়া অকি তুজুংবা থবক কয়া, ফুবা চৈবা ওৎপা, হাৎপা তুপ্পা মদুগী চৈথেং মীচম প্রজাশিংনা ফংলি। অসিগী মরক্তনি চমজরবা নুপীশিংনা মখোয়দা নমজা নমথেক্লবগী, নৈহৎপিবগী অৱাবা ইকাইবা নংলিবসি। অসিদসু নত্তনা মীওই খবনসু মীনুংশি য়াওদনা পীক্লিবা অঙাংনুপীমচাবু শেলগীদমক (রেনসম) ফাদুনা পুম্রগা হাৎতোকপিবা কযাসু থোকলে। মমাওইবী কয়াগী পিরাংনা, মীকপ মীরাওখোলনা মনিপুরগী চীংয়া তময়া শিন্থুংনা শন্দোকলে।

নুপীদা চথবা ক্রাইমগী মতাংদা সি. আইদি ক্রাইম ব্রাঞ্চতগী ফংবা রেকোর্দ অমতং য়েংমিন্নসি।

| খু. | মরদর | রেপ | মোলেস্টেসন | কিদনেপীং | এসল্ট | সুইসাইদ | কইমেন বর্নীং | খটে-খটে | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৯৯ | ১১ | ১০ | ১৮ | ৮২ | ১২ | ৮ | | ৮ | ১৪৯ |
| ২০০০ | ১১ | ১২ | ২৯ | ৪০ | ৯ | ১১ | | ৭ | ১১৯ |
| ২০০১ | ২ | ১৩ | ৩৩ | ৩৯ | ১২ | ৪ | | ৮ | ১৪৭ |
| ২০০২ | ২ | ৭ | ২৪ | ৫৩ | ২৯ | | ১ | | ১১৯ |

মসি খুদম অমতং পীবগী ৱানি । ইম্ফাল ইষ্ট, ইম্ফাল ৱেষ্ট, বিষ্ণুপুর দিস্ত্রিক্ট অমসুং দিস্ত্রিক্ট অতৈগী পুলিস ষ্টেসনদসু ক্রাইম এগেনষ্ট ৱুইমেনগী রেকোর্দ লৈরিবনি । রেকোর্দ তৌদবা কেসশিংসু মশীং নাইদনা লৈরিবনি ।

নুপীদা ক্রাইম থোকহনবা হায়বসি মখোয়গী অধিকার (হক) মাঙহনবনি। নুপীগী হক মৎপিবা থিংনবগী পাম্বৈ আইন কয়া লৈদুনসু, নুপীগী এমপাৱারমেন্ট পুরক্কদবনি হায়না মায়কৈ কয়াদগী লাউদুনসু নুপীদা নমজা নমথেক্লবগী থৌদোক্তি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি । মসিনা নুপীশিংগী লেমজবা, ইকাই খুম্নবা পুম্নমক মাঙহনবীরে।

নুপাশিংগী লৈবাক্কী ইজ্জৎ কন্নবা, লৈবাক্কী লুরবা তাংকক কয়াদা, মথৱাই পাম্মুদনা চঙশিনবা ওল্লিবা মনিপুরী নুপীশিংবু ইজ্জৎকা লোয়ননা সমাজদা অচৌবা খুভম অমা পীফম থোকই । নুপীবু ইকাইখুম্নদ্রবা জাতি অদু লৈখা তাবা শোয়দ্রবনি । ঐখোয় পুম্নমক্না থৌদাং লৌমিন্নদুনা হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংদা মোরেল অমসুং স্পিরিচুয়েল এদুকেশন পীদুনা নুপা-নুপী ব্যবহার তৌনবা, থোং মান্নবা মনিপুরী সমাজ শেমগৎপগী তঙাইফদবা লৈরবনি ।



মণিপুবী নুপীশিংনা থবক শুবগী শক্তম অমা

***

## (৭)

# মণিপুরী সমাজদা মুসলিম নুপী

মণিপুরী সমাজদা মুসলিম নুপীশিংনা লৌরিবা থৌদাং, মখোয়গী ফিভমগী মতাংদা থিজিনবদা মখোয়সি মৈতৈ নুপীশিংগী মচা-মশূনি হায়বসি খঙবা ঙমই। মণিপুবদা খুন্দাদুনা লৈবিবা মুসলিমশিংবু মৈতৈ পাঙল হায়না খঙনরি। মসিগী মরমদি মৈতৈগা পাঙলগা মবী লৈনবদগীনি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী (১৫৯৭-১৬৫২)মমাংদগী মণিপুরদা মুসলিম চঙশিল্লকপা হৌরগসু লৈবাক নিংথৌ খঙনা মশীং য়াম্না চঙশিল্লকখিবদি ইনিংথৌ অসিগী সনা হাক্তকনি। মখোযসি ইতিহাসগী থৌদোক অমগা মরী লৈননা মণিপুবদা লাকখিবনি। ৱারীদি ময়াম্না পাউরৌ ওইনা শীজিন্নরিবা শনোংবা হিগায় হায়বসিগা মরী লৈনৈ। খৃ: ১৬০৩ গী হিয়াং কুমজনবা থৌরম অদুদা খাগেম্বা নিংথৌগা মনাওনুপা চীংশোম্বগা হি তান্নৈ। চীংশোম্বনা মনাওনুপা শনোংবগী হি ৱায়দুনা হি তোংই। হিদান্নবদুদা হিদু হিরুদা থেংজিন্দুনা মচেৎ খরা কায়রে। হিদু কায়বদগী ৱাথোক ওইরে। চীংশোম্বনা মনাওনুপা শনোংবদা হিদু শেমজিল্লগা পীগে হায়বদা য়াদ্রে। মদুগা মান্নবা হি অমা শারগা পীগেসু য়াদে। ময়াম্বুংদা হান্না লৈবা মলোম অমদগী শনোংবনা হান্নগী হিদুমক পীদবা য়াদে হায়দুনা কন্না নিংঙাই তৌরে। ৱাথোক অদু নিংথৌগী মফমদা য়ৌরবদা নিংথৌনা মনাওনুপা শনোংবদা থেম্বা য়াবা থেমলে। হায়না তান্নবা য়াদ্রবদা নিংথৌনা শনোংববু মণিপুরদগী তাম্বোকখি। থৌদোক অদুদগী শনোংবা হিগায় হায়নখি। সাহিত্যগী ৱাহৈ অমা ওইনা, পাউবৌ ওইনা শীজিন্নরকখি।

শনোংবনা মমা ইবেম্মা চাংবোম্বী অমসুং অচানবা মনাই খরগা লোয়ননা কাছারদা চেন্দুনা লৈখি । অদুবু তুমিন্নদি লৈখিদে । লম্মন খুমগে হায়দুনা মুসলমান লাম্মী খোমগৎলগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারকখি, থা ৮ চুপ্পা লাল শোক্লখি । খৃ: খৃ:১৬০৬ কী ইঙাগী ১৭ পানবা নুমিৎতা লালদু লোইশিনখি । মৈতৈনা লালদু ঙম্লবদা শনোংবনা লাম্মীশিংদুগা লোয়ননা নিংথৌদা চঙজখি । লান্দা মায়থিরবা মুসলমান লাম্মীশিংবু মখোয়গী মরমদমদা হলহনখিদে। খাগেম্বা নিংথৌগী লৈবাক লৈঙাকলোনগী পোলিসিদা মখোয়দা মৈতৈ নুপী পীদুনা মানা মানা হৈবা শিনফমগী মতুংইন্না চান্নবা য়ুমনাক শাগেগী মমিং থোনবীদুনা মণিপুরদা খুন্দাহনখি । মখোয়বু মীতোপনি হায়না খঙখিদে । মগুন লৈবা মীশিংদা অচৌবা ফম থিন্দোক্লুনা ইকাইখুম্নুনা লৈবাক্কী থৌদাং য়াহল্লমই । মখোয়বু খুন্দাহন্দুনা লৈহনখিবা মফমদুবু পাঙল সিফাই হায়না কৌখি ।

হৌজিক্তি মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুসলিম) গী মশীং য়াম্না য়ামলে । ইম্ফাল ইস্ট, বিষ্ণুপুর, থৌবাল, চুরাচান্দপুর, চান্দেল জিলাগী মফমশিং, ক্ষেত্রিগাও, হাটা কাইবং, সঙ্গাই য়ুমফম, সোরা, ক্বাকতা, য়াইরিপোক, ময়াং ইম্ফাল, লিলোং হাওরৈবী, মোইজিং, ইরোংনচিংবদা মুসলিমগী প্রজা মশীং য়াম্না লৈরে । ব্বারেং অসিগী পান্দমদি মণিপুরী সমাজদা ঙসি পাঙলনুপীশিংগী ফিভম, মখোয়না লৌরিবা থৌদাংগী মরমদা নৈনবনি ।

চহী ৪০০ রোমদমক ঙায়রিবা মখোয়গী খোঙচৎ অসিদা মুসলিম নুপীশিংনা অকা অকুম কয়া থেংনদুনা লাক্লি । মশীং য়ামদবা, শেন্থুম ফিভম ফত্তবা, ইসলাম ধম্মগী অকনবা নীতি-নিয়ম কয়াগী চৈখল অদু লৈরগসু মখোয়না মৈতৈগী কলচরগা তিন্ন তোংনদুনা লৈবনা হিরম কয়াদা মৈতৈনুপীগা মান্নবা লৈ ।

মণিপুরী সমাজগী মনুংদা লৈরগসু মুসলিমশিংগী মশাগী আইদেনটিটি লৈজে। মুসলিমসু নুপানা মথক থোংনা লৈবা পেত্রিয়াকেল সিসটেম চৎলি । সিসটেম অসিগী মতুংইন্না নুপীগী খ্বাইদগী লেমজবা থৌদাংসি মব্বা-মপুরোইবা সেবা তৌদুনা পেলহনবা, মচা-মশূ নীংথিনা য়োকপা, ইমুং মরা তপ্পা থম্বা অসিনি। য়ুমগী নুপী ওইনা, মমা ওইনা থৌদাং লৌদুনা - য়ুম কোইবদা হৈ শিংবা, হায়বা ইনবা, মরম ওকপা, লমচৎ ফজবা নুপী ওইবসি অতৈ সমাজনা পাম্বমুক মুসলিম সমাজনা পামই । মুসলিম নুপীশিংদি য়ুমগী রানীনি । য়ুমগী মপাল ইথোক থোক্লনা লৈ ।

সমাজগী থবক থৌবমদা কয়া শকক য়াদে । নুপীশিংনা ধর্ম্মদা পুক্লিং চঙই । অকে অমৌ যাম্না তৌদে । ইসলাম ধর্ম্মগী পাউতাক চেৎনা ইন্দুনা নুপীশিংনা মচা মশূশিংবু শেংপদা, চাবদা, লমচৎ ফজবগী মতাংদা ব্রাবক ব্রাতেম, তন্বী তাকপিবা তৌই । মুসলিম নুপীশিং পবদা শীজিন্নে । মসিগী মতাংদা মুলিমশিংগী অখণ্ড অহৈশিংনা অসুম্না হায় - " পবদা শীজিন্নবা অসিনা নুপীদা অপনবা পীবা নত্তে। মসি দ্রেস কোর্দনি, লমচৎ ফজনা লৈহন্নবগীদমকনি"।

শেম্ভুমগী মতাংদা মণিপুবগী মুসলিম নুপীশিংগী ফিভম ফত্তে। ইসলাম ধর্ম্মদা নুপীনা মমা মপাগী লম্ভুম ফংবা য়াই হায়বগসু থবক ওইনদি পাঙথোকতে। মুসলিম সমাজন নুপীনা য়ুমগী মপান্দা থোক্তনা শেল তানবা, ললোল ইতিক তৌবদা পুক্লিং থৌগৎতে । নুপীশিংনা ইংখোল কোইবা, য়েন ঙানু লোইবা, ফি-শাবনচিংবা থবক্তি তৌই ।

থিজিনবা অমগী মতুংইন্না মণিপুবগী নুপীশিংগী চামদা ১% দমক শেম্ভুম থোকপগী থবক্তা শকক য়াই হাযবি । নুপীশিংনা লম্বীদা কৈথেলদা মনা-মশিং যোনবদি যাওই অদুগা চাউনা ললোনবদি যাওদে। লাযববা নুপী খবনা মীগী য়ুমদা থবক ইনখাং নোম্বদা মত্তেং পাংদুনা শেল তানবা যাওই। খুঙ্গংগী লমদা নুপীশিংনা লৌউ-শিংউবগী থবক্তা শকক যাই । য়ুমদা নুপীশিংনা ফি শাবা যাওবগসু মদুমক্না কৈথেলদা পুখৎতুনা যোনবা, শেন্দাল লম্বী ওইর্বদি ঙমদে। ইম্ফাল সহবগী মফম খবদা হোটেলদা, বেকর্বাদা, আপকপা ফেক্তবীদা মেনুযেল লেববব ওইনা থবক শূবা নুপী খবদি যাওই । অদুবু মখোযদা শূ-নোম্বগী হৈশিংবা (এন্টিপ্রেনেল স্কিল) ব্রাৎপনা খুৎশুমনদি নেম্না ফংই । হৌজিক্তি লাইবিক লাইশু হৈববা নুপী খবদি তলব চাবা থবক তৌদুনা শেন থোকপা যাওবে । অদুবু মশীংদি যামদ্রি ।

## নুপী লুহোংবা

মুসলিম সমাজদা নুপী নৌনা লুহোংবা চৎনৈ । মুসলিমগী তোঙানবা আইন (মুর্সলিম লো) লৈ । হিন্দু মেবিয়েজ এক্টগী মতুং-ইন্না লুহোংদে । লুহোংবদা অউনপোৎ চাওনা পীদবা যাদে হাযবা লৈতে । কুবানগী লাইবিক অমা মচানুপীদা মপানা পীর্বসি খ্বাইদগী ফবা অউনপোৎনি লৌনৈ । অদুবু মেহেব হাযদুনা নুপা মযুমনা নুপীদা সনা পীবা চৎনৈ। নুপীদুগী মমনদি মীদুগী থাক অদুগী মতুংইন্না সনা মোহোব কযা পীগদগে লেপ্লে।

মুসলিম সমাজদা নুপা নুপী খাইনবসি তালাক হায়না খঙনৈ । নুপাদুনা নুপীগা য়ানরক্তবা, নুপীদুনা মচা পোক্তবা, মনেম মকুগা য়ানরক্তবদা খাইনবা য়াওই। নুপানা তালাক তৌবদি য়াই । নুপীনদি য়াদে হায়না লৌবা য়াই। য়াবা মতাং অমখক্তং লৈ, মদুদি লুহোংবা মতমদা নুপীদুনা মানসু তলাক তৌবা য়াগদবনি হায়না নিপাদুগী অয়াবা লৌহৌবা ঙম্বা মতাংদনি । খাইনবা মতুংদা নুপীদু অমুক অতোপ্পা নুপাদা লুহোংবা য়াই । লুখ্রানা লুহোংবদসু অথিংবা লৈতে। চহী নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী নুপীদু শিখ্রবা নুপাদুগী ময়াম্বা নৎত্রগা মনাওনুপাদা অমুক লুহোংবসু য়াই ।

মুসলিম সমাজদা নুপানা নুপী লোনবগী চৎনবী লৈ। ইসলামগী নিয়ম মতুংইন্না নুপী লোনবসি নুপাদুনা নুপী খুদিংবু মান্নন য়েংশিনবা, মান্নন লুনা চান্না তৌবা ঙমগদবা ওইরবতদা তৌগদবনি হায়বা লৈ। অদুবু মদুবু ঙম্বা ঙমদবা মুসলিম নুপাশিং নুপী য়াম্না লোল্লি। মুসলিম নিপা ১না নুপী মরি-মরি লোনগদবনি হায়দুনা ময়াম্না খঙনবগুম তৌরিবসি চুম্বরা ? ব্রাফমসি নাখৈ অমা শেংননবা মুসলিমশিংনা কবিগী নুপী লোনবগী চৎনবী লৈরকইবনো হায়বদু ইতিহাসতা হঙ্গৎনা য়েংদুনা ভাব তাবা চুমই। নুপী লোনবগী চৎনপথাপ থোরকখিবসি উহুড কি লানবুংদা মুসলিম ৭০ খক মথ্বায় থাখি। খঙহৌদনা মদিনাদা য়ুম ৭০মক মপি-মপা অমত্তা লৈতবা য়ুম ওইখি। য়ুমশিংদুদা লৈরিবা লুখ্রাবী অমদি হৌরক্লিবা নুপীমচাশিং অঙাংনুপীশিংগী পুক্সি কনানা থাক্কনি হায়বা সমস্যা অমা চোংথোরকখি। মদুগী সমস্যাদু থেংননবা নুপী লোলহন্দুনা নিপাশিংনা নুপী থাকপগী থৌদাং লৌহনখিবনি।

মণিপুরদা নুপী লোনবগী চৎনবীসি হন্থবা লৈতনা চৎনরিবা মতমসিদা অতৈ ইসলামিক লমদমশিংদা লাক্লিবা অহোংবশিংসিদা মায় ওনশিনবা চুমই। টুনিসিয়াদা নুপী লোনবগী চৎনপথাপ মপুং ফানা থিংখ্রে। ইরাক অমদি সিরিয়াদদি মুসলিম নুপা অমনা নুপী লোনগে হায়রবদি কোর্টকি অয়াবা হান্না লৌরগা কোর্টনা অয়াবা পীরবা মতমদতা নুপী লোনবা য়াহল্লি। কোর্টনা কার মরমগী নুপা অদুনা নুপী লোনগদৌরিবনো হায়বদু নৈনদুনা য়েংই, নুপীদুগী মৱাসু তারগা লোনগদবনি। ইজিপ্তদি মুসলিম নুপা অমনা নুপী লোনবা তাবদা নুপী অহন্দগী অয়াবা লৌরগা পাঙথোকপা নত্তনা য়াহন্দে। মোরোক্কো অমদি লেবানন্দদি লুহোংবা পাঙথোক্লিঙৈগী মমাঙদা লুহোংগদৌরিবী নুপীদুনা নুপাদুদা নুপী লোনবা য়ারোই হায়না হৌদোক্তুনা য়ানচেরোল অমা থম্বা য়াহল্লি।

পৃম্নমকসি য়েংলুরবদি অওনবা কয়া লাক্লুনা চুনদবা, নত্তবা, চানদবা লোনচৎ কয়া মীরমদা শেমদোক্লরক্লিবসি, লমদমসিদসু মসিগী নুংগী ব্রাহ্মহোক ভাব তাবা মতমদি য়ৌরে। লাইরিক লাইশু হৈরবা, জ্ঞান তারবা ইমুংগী মী খরদি নিয়ম অদু ঙাক্লুনা চৎপনা নুপী লোনবা ঙম্মদে।

এদলত্রি - নিপা ঙাঙনবসি মণিপুরী মুসলিম নুপীশিংনা তৌদনবা হোৎনৈ। কুরানগী মতুংইন্না নুপীনা এদলত্রি তৌরবদি অহৰুপা দন্দি পীগদবনি লৈবসি নুপীশিংনা ঙাকনা চৎলি।

## লাইরিক লাইশুগী লমদা

অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদদি মণিপুরগী মুসলিম নুপীশিং লাইরিক ইতম তম্ন রমদে। নুংঙাই য়াইফগী ইমুং খরদি নুপীবু কুরান পাবা ঙম্নবা তশ্বীবদি য়াওই। চহী ৫-৬ কী নুপীমচা খরদি মাদ্রাসা, মকতবতা থাদুনা মণিপুরী লোল অমসুং ইবা পাবা তম্বা য়াওই। অদুবু মশীংদি য়ামদে।

ভারতনা নীংতম্লবা তুংদা সংবীধান্না ফ্রি এন্ড কমপলসরী এদুকেসন জাৎ-বিজাৎ খায়দনা, নুপা-নুপী খায়দনা পীববা মতুংদা মণিপুরগী মুসলিম নুপীশিংনা লাইরিক তম্বগী খুদোংচাবা লৌরকখি। অদুদগী নুপীমচাশিংনা স্কুলদা চৎতুনা লাইরিক তম্বা হৌরকখি।

অফংবা রেকোর্দকী মতুংইন্না খৃ: ১৯৫০ দা মুসলিম নুপীমচা ২০ মুক ইম্ফালগী হাটা, বাবুপারাদা লাইরিক তমই। খৃ: ১৯৫৫ দা মুসলিম নুপী অনী মেট্রিক পাস তৌদুনা কোলেজ তম্বা হৌই। খৃ: ১৯৫৯ দা মুসলিম নুপী অমা বি:এ: পাস তৌই। খৃ: ১৯৬৩ দা নুপী অমা এম:এ: পাস তৌই। তপ্না-তপ্না লাইরিক তম্বা নুপী মশীং হেনগৎলকখি। খৃ: ১৯৭৭ তা মুসলিম্না নম্না খুন্দাবা লিলোংদা গোবর্নমেন্ট কোলেজ অমা লিংখৎলকপসিনা মুসলিম নুপীশিংনা অব্রাংবা থাক্কী মহে তম্বদা হেন্না খুদোংচাবা ফংহল্লি। হৌজিক ফাওবদা (খৃ: ২০০৫-০৬ তা) মুসলিম নুপী মরক্তা কোলেজগী লেকচরর ৫, দাক্তর ১৩, কমপ্যুটর ইঞ্জিনিয়ার ২, পি:ঐচ:দি: ৫, উকিল ৫ লৈরে।

রাজনীতিগী লমদা নুপীশিংনা ভোট থাদবদি য়াওই অদুগা মীরেপ ওইনা চোংথোক্নুনা শরুক য়াবদি য়াওদ্রি। শান্নখোৎনবা, এদমিনিস্ট্রেসনগী লমদসু মুসলিম নুপী ইয়াও য়াওদ্রি ।

হৌজিক্তি লাইরিক লাইশু হৈরবী নুপীশিংনা মুসলিম নুপীশিংগী এসোসিয়েসন শেমদুনা নুপীশিংদা এব্র্যাবনেস পীবা হৌরে। চাওখৎ থৌরাংগী প্রোগ্রাম কয়া লৌখৎলকলে। সমাজদা মখোয়গী ফিভম তপ্না-তপ্না ফগৎলক্তি।



নাৎকী ফিজোলদা মৈতৈ পাঙল নুপীশিং

***

## (৮)

# মণিপুরী সমাজদা ট্রাইবেল নুপীশিং

মণিপুরদা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মৈতৈ অমসুং ট্রাইবেলশিংনা নুংশি-চান্ননা খুন্দামিন্নদুনা লৈমিন্নরকই। তোঙান তোঙানবা লৈরাংশিংনা পরেং অমতদা লেংশিন্দুনা লৈতেংবগুম মণিপুরদা খুন্দারিবা মৈতৈ, ট্রাইবশিং, পাঙলশিংনা মণিপুর ইমাগী মতম্পাক্তা শান্নজরি। মখোয় মখোয়গী তোঙানবা লোল, ফিজেৎ, সংস্কৃতি, পরমপরা লৈজবা ঙাক্তনি। পুন্নমকনা অমগা অমগা তাথোক তাশিন তৌনদুনা, মতেং পাংথোক পাংশিন তৌরি। মণিপুরী সমাজ শেমগৎলক্লি।

মণিপুরদা ট্রাইব ৩৩ লৈ। মখোয়শিং অদুদি (সেনসস ২০০১ গী মতুং-ইন্না) *১। আইমোল ২। অনাল ৩। অঙ্গামি ৪। চিরু ৫। চোথে ৬। গাংটে ৭। মার ৮। কবুই ৯। কাচা নাগা ১০। কোইরাও ১১। কোইরেং ১২। কোম ১৩। লমগাং ১৪। মাও ১৫। মারাম ১৬। মরীং ১৭। মিজো লুসাই ১৮। মোনশাং ১৯। মোয়োন ২০। পাইটে ২১। পুরুম ২২। বালটে ২৩। সেমা ২৪। সিমটে ২৫। শৌটে ২৬। তাংখুল ২৭। থাদৌ ২৮। ৱাইফে ২৯। জৌ ৩০। খারম ৩১। তারাও ৩২। পাউমৈ ৩৩। কুকি* অসিনি।

বৃটিশশিংনা মনিপুবগী ট্রাইবশিংবু নাগা অমসুং কুকি হায়না অনী থোক্লা খায়দোকলমই। নাগা কাংলুপতা মাও, মরাম, তাংখুল, মরীং, জোমৈ, লিয়াংমৈ, রোংমৈ, পুইমৈ (জেলিয়াংরোং), থাঙ্গাল, লমগাং, চিরু, কোম, পুরুম, চোথে, আইমোল অমসুং কোইরেং য়াওরি। থাদৌ, মার, পাইটে, গাংটে, শিমটে, জৌ, ৱাইফে, লুসাইনা কুকি মিজো কাংলুপ ওইহল্লি।

ট্রাইব অয়াম্বনা চীংগী স্কুয়র কিলোমিটর ২০,০০০ গী এরিয়াদা দিস্ট্রিকশিং হায়বদি (১) তমেংলোং, (২) সেনাপতি, (৩) চুরাচান্দপুর, (৪) চান্দেল, (৫) থৌবাল, (৬) বিষ্ণুপুর, (৭) ইম্ফাল ৱেস্ট, (৮) উখ্রুল দিস্ট্রিকতা মরুওইনা খুন্দাদুনা লৈ। অদুগা মৈতৈশিংনা তম্পাক্কী লমদা খুন্দাদুনা লৈ। দিস্ট্রিক্তশিং অসিদা

লৈরিবা ট্রাইবেল মশীং নুপা ৩,২২,৭২০ নি, নুপীনা ৩,০৯,৪৫৩ নি, পুন্না ৬,৩২,১৭৩ নি (১৯৯১ সেনসস)।

ব্যারেং অসিগী পান্দমদি ট্রাইবেল নুপীশিংগী পুন্সি মরেল, মখোয়গী থৌদাং অমসুং সমাজদা মখোয়গী ওইরিবা ফিভমগী মতাংদা খরদং নৈনজবনি। চীংদা খুন্দাই হায়বগী মখোয়বু চীংমী হেক্তা কৌরগে।

ট্রাইবেল (চীংমী) গী সমাজদি নুপানা মকোক থংনা লৈবা পেট্রিয়াকেল সমাজনি। ট্রাইবেলশিংগী শাগৈ অমসুং শলাই খায়দোকই। মখোয়গী নুপীশিংবু নাৎকী চৎনবী কন্তমনা চেৎনা পুনশিন্দুনা থমই। চীংমী খরদি মখোয়গী হান্নগী ধর্ম্ম থাদোক্লুনা খৃস্ট্যান ধর্ম্ম লৌখরে। অরিবা ধর্ম্ম চৎচবা কাংবুদি জেলিয়াংরোং, মারাম অমসুং মরিংশিংদা ঙায়হৌরে।

চীংমীগী পুন্সিদি খুঙ্গংগী পুন্সিনি হায়বা য়াই। মখোয়গী শূবা-নোম্বা, শেন্থুমগী ফিভম, সমাজগী ফিভম খুঙ্গংদা য়ুমফম ওইরগা শেমগৎলকখিবনি।

ট্রাইবেলগী সমাজদা নুপীশিংনা লৌরিবা থৌদাং অসি ওন্থোকনা চাউখ্রে। নুপীমচা অমনা য়ূম পান্দ্রিঙৈ লৈশাবী ওইরিঙৈদা পুবা থৌদাংদি য়ুমগী মতেং পাংবনি, ফিশা লোনশা তৌবনি। ময়ূম পাল্লবা নুপীশিংনা য়ূমগী থবক ইনখাং ফৌশুবা, চাক থোংবা, মচা-মশু য়েংশিনবা অহল-লম্মন, মপুরোইবা সেবা তৌবগা লোয়ননা চীংদা চৎলগা শীং চনবা অমসুং উমংগী পোখোক থিবা, লল্লোন ইতিক তৌবা, লৌউ-শিংউবদা য়াওবা অসিনচিংবা অসিনি। শেন্থুম থোক্লবা থবক খূদিংদা নুপীনা শরুক যাই। নুপাগা নুপীগা মান্ননা থবক তৌই। অদুম্নদি ওইরবদা নুপাগা নুপীগা থৌ য়েন্থোক্লদুনা (দিভিজন অফ লেবর) মথৌ তৌই।

ট্রাইবেলশিংগী থবক্তি লৌউ-শিংউবনা মরুওইবনি। মসিদা নুপানা চীংদা উ-ব্রা য়ানবা, অদুগা নুপীনা উশা-ব্রাশা খোমজিনবা, মদু পুনশিন্দুনা য়ূমদা হোল্লকপা অসি তৌই। মদুনা য়ূমদা শিজিন্নবগা অরেম্বনা কৈথেলদা য়োন্থোকই। পামদা লৌ-উবদা নুপীনা য়োৎ মচা পায়দুনা লৈবাক তৌই, মরু-মরাং হুল্লি। লৌ পেংবা, লৌ খাওবা, ফৌ লোকপা, ফৌ শমদা হাপ্তুনা হোনবা থবকশিং নুপীশিংনা তৌই। ঈশিং লৌ নৎত্রগা তম্পাক লৌ উবদা নুপানা যনপোৎ খোই। তমেংলোং জিলাগী খৌপুম তম্পাক্তদি নুপীনা লাঙ্গোল পায়দুনা লৌ খোইবা য়াওই। চীংমী নুপী অমগী

নোংমগী থৌদাংদি য়াহৌ গুন্তা হৌবগা ফৌশুবা, চাক থোংবা, ইমুংগী মীশিং চাক পীজবা অসিনি । অদুগী তুংদা খোঙনা মাইল ২/৩ চৎলগা চীংদা লৌবুক্কী থবক শুই। নুপীশিংনা তঙাইফদনা তৌবা য়াম্না ৱাবা থবক অমদি লোকতগী ঈশিং হোনবা অসিনি । অৱাংবা চীংদগী কুমথবগা ঈশিং খোংদগী ঈশিং শোক্লুগনি । মতাং হোবা ৱা মককতা ঈশিং শোক্লগা শমদা হাপ্লগা নঙ্গন্দা পোদুনা চীং অদুদা অমুক কাখৎলক্কনি । ঈশিং অদুনা থোং থাক্লবা, থক্লবগীদমক শীজিন্নৈ। ফিশু ফিজামগীদমক্তি ঈশিংখোং মনাক্তা চৎপা তাবনি। লৌবুক্তা থবক শূকবা হল্লকলগা চাক ঈশিং থোংদুনা চামিন্নগনি । অশংবা মতমদা মমানা মচানুপীবু ফিশা লোনশা, লং নাইবনচিংবদা তাকপি তম্বী । মখোয থবক কন্না শূ-নোমই। পোখাবা ইফং ফংজদে।



ট্রাইবেল নুপী মচা খব

## সমাজদা চীংমী নুপী

সমাজগী থবক থৌবম, কুম্মৈ হবাওদা নুপীনা শকক যাই । অবিবা সমাজদদি লৈশাবীশিংনা লৈশা ফান্দা লেকপা চৎনৈ । মদুদা লৈশাবী পাখংনা নুমিদাংদা মফম অমত্তদা ফম্মিন্নদুনা ৱাবী ৱাতাই শাই, মদুদা নুংশি নুংওনগী ৱাখল ফোংদোক্লবগী তাঞ্জাসু ফংই । মৌ ফান, হনুবী ফান হায়দুনসু লৈ, মদুদা নুপীশিংনা মেম্বব ওইদুনা মশা মশাগী মথৌ পাঙথোকনৈ । মৌ ফান, হনুবী ফানগী নুপীশিংনা নৌনা হৌবকলিবা নহাশিংদা চৎনলোল ব্যবহাব তম্বী তাকপিবা তৌই। খৃষ্ট্যান ধৰ্ম্ম চৎলবা মতুংদদি

অসিগুম্বা চৎনবীসি লৈত্রে । নুপীশিংনা নুপী মরুপ অমসুং চর্চকী মেম্বর ওইনা সমাজদা থৌদাং লৌই। মমাংঙৈগী চীংমী সমাজদদি লৈশাবী অমনা জগোই ঈশৈ হৈবা, ফি শাবা অমসুং নুপাগী সেবা তৌবা হৈবা হায়বসি তঙাইফদবা ওইরমই।

## চীংমী নুপীগী শিক্ষাগী থাক

মণিপুরগী চীংমী নুপীশিংগী ফিভম অসি হৌজিক্কী মতমদদি অহোংবা য়াম্না লাক্লে। মসি নুপীশিংনা নোংচুপ লমগী মোর্দন এদুকেশন ফংবদগীনি । মমাংঙৈগী মতমদা নুপীশিংনা থবক কন্না শূ-নোমদুনসু, শেম্বুমগী ফিভম ফত্তবনে, লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফংদবনে, মখোয়গী ফিভম ফৎলমদে। অদুবু মখোয়না মখোয়গী পুন্সি মহিংদুদা অদুম পেন্দুনা লৈজরমই।

ট্রাইবেল নুপীশিংনা লাইরিক লাইশু তম্বা হৌরকপসি কুইদ্রি। মরুওইনা খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম লৌরকপদগীনি। খৃ: ১৮৯৩ দা মণিপুর সরকারনা মাও থানাদা খৃ: ১৮৯৬ তা উখ্রুলদা ট্রাইবেল অঙাংশিংগীদমক্তা স্কুল লিংখৎখিবনি। অদুবু মহে তম্বা ছাত্র-ছাত্রি ফংদবনা খৃ: ১৯৩২ দা স্কুলদু থিংজিনখি । চীংগী লমদা আমেরিকান বেপটিষ্ট মিসনরীশিংনা নুপীমচাশিংবু লাইরিক তম্বীনবা কন্না হোৎনবীরমই । অনীশুবা লাপ্পাও মমাংদা চীংগী লমদা নুপীমচা খরদমক লাইরিক তম্বা হৌখি । ভারতনা নীং-খা তম্নবা মতুংদা নুপীমচাশিংনা হেন্না নীংথিনা লাইরিক হৈরকখি । অদুদগীদি চীংমী নুপীশিংগী থাক অসি ৱাংখৎলকখি । হৌজিক্তি দিপার্টমেন্ট খুদিংদা ট্রাইবেল নুপীশিংনা তোঙান তোঙানবা থবক তৌরে। আই: এ: এস: অফিসার, দাক্তর, নর্স, ইঞ্জিনিয়র, স্কুল অমসুং কোলেজগী ওজা ওইবা নুপী য়াম্না লৈরে। শান্ন-খোৎনবগী লমদা মাংজিল থাবী নুপীমচাশিং থোরক্কি। শীংথাবা য়াই মণিপুরদতা নত্তুনা ভারতগী মীংচৎ পুরকপ্রবী পদ্মশ্রী পীদুনা ইকাই খুম্নপ্রবী বোক্সিং শান্নরোই মেরী কোম চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্কী কাংগামৈ খুঙ্গংদগীনি।

## ট্রাইবেল সমাজদা নুপী লুহোংবা

নুপীশিংনা মশাগী অপাম্বা মতুংইন্না যুম পানবদা ট্রাইবেল সমাজদা অথিংবা লৈতে । অরিবা মতমদদি নুপী থাজবদা নুপা ময়ুমনা মংকৎ (ব্রাইদ প্রাইস হায়বদি কন্যাগী মমল পীবা) চৎনবী লৈ। অদুবু মসি ট্রাইব ট্রাইবকি ওইনা খেন্নবদি লৈ। খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম চৎনরকপদগী মংকৎ পীবা তোক্লরে। অদুম ওইনমক কুকি কাংলুপ্তা

হৌজিক ফাওবা চৎনরি। নুপা নুপী অদু খাইনবা তারবদি নুপী ময়ুমনা মংকৎ অদু হনগদবনি। খাইনবগী অধিকার নুপা নুপী অনীমক্তা লৈ।

চীংমীগী সমাজদা নুপানা নুপী লোনবা চৎনৈ। নুপী ৭ ফাওবা লোনবা য়াওই। খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম চৎপদগীদি নুপী লোনবসি য়াদে হায়বা লৈ। অদুমকপু খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম চৎলবসু অদুমক নুপী লোনবা য়াওদবা নত্তে।

মমাংঙৈগী মতমদা জাৎ কাংলুপ অমতগী মনুংদা লুহোং খোংদোংবা, নুপা নুপী লৌন-লৈনবগী চৎনবী লৈরমই। অদুবু মতমগী অহোংবা লাকপা, লাইরিক লাইশু হৈরেকপা, লম অমগা অমগা চখোক চৎশিন তৌনরকপা, লল্লোন-ইতিক তৌনরকপা কয়া অসিনা মরম ওইদুনা জাতি অমগা অমগা লৌন-লৈনরকপসি চৎনরে। চীং তমগী নুপা নুপীশিং, ট্রাইবেল মশেলগী মরক্তসু লৌন লৈনরকপা য়াম্না লৈরে।

## প্রোপর্টি রাইট

ট্রাইবেল সমাজনা নুপীদা প্রোপরটি রাইট পীদে। নুপীনা লুহ্না ওইরবদসু মাগী নুপাগী সম্পতি পীদে । নুপীদুগী মপানা, মবুংনা, মা নত্ত্রগা নকুবা শাগৈ নাতৈশিংনা নুপীদুবু য়োকপি থাকপিগনি হায়বা লৈ । খৃষ্ট্যান চৎলবী ট্রাইবেল নুপীশিংসি লন-থুমগী মতাংদদি ইন্ডিয়ান সকসেসন এক্ট, ১৯২৫ হায়বা আইন অসি চৎনবনদি চুম্বনি, মরমদি মসি খৃষ্ট্যান ওনবখক্তনদি মীওই অমসু ট্রাইব অমা ওইবগী চৎনলোনচৎ অদুদগী খরমখৈ নাম্থোকহনবা ঙম্বখক্তনি, মদুনা মখোয়গী পার্সনেল লোদা লৈজরকপা চৎনলোনচৎ অদুদা অহোংবা অমা হেক্তা পীবদি ঙমদে। ৱাফমসিতা নত্তনা ইন্ডিয়ান সকসেসন এক্ট হায়বসি হান্না মচোই-মচোই তাদুনা লৈরিবা চৎন-পথাপ্পুম্বা লোইনমক ইনশিন্দুনা অমদি শেমদোক্নুনা তাশিন খোমজিনবা আইন অমসু ওইদে, অতৈ চৎনলোনচৎশিং অমদি কস্তমরি লোদা য়াওবা চৎনপথাপশিংদি কায়হন্দনা থমগদবনি হায়নসু ইরি।

মরম অসিমক্তা ট্রাইবেলগী লনথুম ফংবগী কস্তমরি লোদু ঙসিসু ইকায় কায়দনা খৃষ্ট্যান ওল্লবা ট্রাইবশিংদসু চৎনদুনা অদুম লৈরিবনি। ট্রাইবেল কস্তমরি লো অয়াম্বদা মপা নত্রগা মপুরোইবা শিরবা মতমদা নুপীশিংনা লন-থুম শরুক ফংজবা য়াবা মতাং ইয়াও য়াওদবা ঙসিসু লৈরি। অদুনা শম্না হায়রবদা নুপীগী প্রোপর্টি রাইট

অসি ইরৈ লৈতবগুম তৌরি। অখণ্ড-অহে কয়া অমদি ভারতকি সুপ্রিম কোর্টনসু ব্রাফম অসি চুমদে অওনবা পুরক্কদবনি, য়ুনিফোর্ম সিভিলকোড শেমউ হায়গ্রে, অদুবু মদু থবক ওইনা পাঙথোক্তনা লৈরি।

## রাজনিতিগী থাক

অরিবা চীংগী সমাজদা নুপীনা খুনগী সাসনদা য়াওদে, নুপীনা খুল্লাকপা ওইবা য়াদে। কুকিগী মরক্তসু নুপীনা নিংথৌ (চিফ) ওইবা চৎনদে। অদুমকপু মাঙজিন থাবী নুপীসু য়াওখিদবা নত্তে। রানী গাইদিনলিয়ুনা খুদম্নি। হৌজিক্কী মতমদদি লাইরিক লাইশু হৈরবা নুপীশিংনা উইমেন সোসাইটিজ লিংখৎনরক্তুনা মখোয়গী অধিকার তানবা হৌরক্লে ।

ভারত সংবিধানগী মখাদা রাজনীতিগী অধিকার পীরবনিনা ট্রাইবেল নুপীসু ভোট থাদবা, ভোট লেপ্পা য়ারে। শীংথাবা য়াই হংমিলা সৈজানা মণিপুরগী অহানবা এসেমব্লীগী ইলেক্টেট মেম্বরনি (১৯৯০)। মহাক্কী তুংদা ট্রাইবেল নুপী কয়া অমা ভোট লেপখি। খৃ: ১৯৯৫ দা চুরাচান্দপুরদা চিংনু, হাথোই বুংশিং, থানলোন্দা বি: কে: রোজ, সাইকোটতা টি খোল্লি, সিংহাত্তা টি ঙাইজানেম ভোট লেপখি। আউটর মণিপুর পারলিয়ামেন্টরী কনষ্টিটুয়েনসিদা খৃ: ১৯৯৪ দা লিংজানেং গাংটেনা এম:পি:পি দা খৃ: ১৯৯৬ দা ইন্নরদা অমুকসু ইলেকসন থেংনখি। কিম গাংটে সিপিআইনা ১৯৯৮ দা ইলেকসনদা মায় পাকতুনা মণিপুরগী অহানবা নুপী এম:পি: ওইরকখি। অসুম্না রাজনীতিগী লমদা ট্রাইবেল নুপীশিংগী থাক ব্রাংখৎলকখি ।

অসুম্না সমাজদা ট্রাইবেল নুপীগী ফিভম ফগৎলবসু, মনুং হনজিন্না লৈবা লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফংদ্রিবা নুপী য়াম্না লৈরি। মখোয়দুবুসু শিক্ষা ফংহল্লবদি মখোয়গী ফিভম হেন্না ফগৎহনবা ঙমগনি ।

***

<u>*নৈনখিবা লাইরিক অমসুং জরনেল শরা -*</u>


১। চৈথারোল কুম্বাবা - সম্পা : লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৯।

২। হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি - এলাংবম নিলকান্ত সিংহ, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

৩। নুপীগী য়াকায়রোল (ফিজেৎ - ফিজোলগী মতাংদা মনিপুরী নুপী) - দা: যামিনী দেবী, রাইপ্রবীনা ব্রর্দস, শগোলবন্দ, ১৯৯৭।

৪। লোয়ুম্বা শিনয়েন - সম্পা : খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৭৫।

৫। A Short History of Manipur - R.K. Jhalajit Singh, O.K. Store, Imphal, 1965.

৬। Gazetteer of Manipur - E.W. Dun, Vivek Publishing Company, Delhi, 1981.

৭। The National Culture of India - S. Abid Hussain, National Book Trust, India, 1978.

৮। Creativity of Womenfolk in Daily Life (Souvenir) - Workshop on Applique Art in Manipur, March 1-31, 1995.

৯। Towards a Culture of Peace and Non-Violence (Souvenir) : 65th Anniversary, Manipuri Sahitya Parishad, Dec. 9-11, 2000. page 35.

The culture of Manipur, R.K. Jhaljit Singh.

১০। খতু ১৫ শুবা চেকোং ১৯৬৯ পেজ ১৭
- মচুতাবা অমসুং মৈতৈ নুপী, এম. কে. বিনোদিনী দেবী

১১। সনথোং ফে: ১৯৯৭ ভোল্যুম ৩ নম্বর ১২ (লামায় ১৫)
- মমাঙতৈ মনিপুরদা লৈতেংগী লীক কোল হৈদুনা শান্নরম্বগী মওং, লাইশ্রম ইমোবা।

১২। Manipuri Polo 1991, March 26-April 2 Souvenir - Page 3
- Development of Art and Culture of Manipur : a Profile - Lokendra Arambam.

১৩। সনথোং : জুন ১৯৯৯, ভোল্যুম ৪ নম্বর ৫ (লামায় )
- মৈতৈ খুন্নাইদা পোৎলোই : মুতুবা বহাদুর।

১৪। The Third Bhaigyachandra National Festival of Classical Dance, 1995 - May 28-31 Souvenir - Page 1
- Rajarshi Bhagyachandra : Contribution of Manipur Culture, N. Tombi Singh, Ex. MP.

১৫। Culture for Peace
- International Cultural Conference & Festival '91. Souvenir : Imphal, India. page 20 - Manipur Handloom, Miss Bandana.

১৬। Chongtham Narendra
- Inheritance Laws of the Ethnoses of Manipur, Manipur Past & Present III ed., Dr. Sanajaoba, Mittal Publications, New Delhi, p.61

১৭। Madhukishwar
- State of Bihar, AIR 1996 S.C. 1964.

১৮। Subhash Chandra Singh, - Polygamy, Islam & Change, AIR 1996 Journal 178.

১৯। A. Saiyed, - Talaq, Quran & Law, AIR 2004 Journal 369.

২০। Evolutionary growth of Khwairamband Keithel - Compiled by Manipur Research Society, Imphal & Dept. of Municipal Administration (MAHUD) Govt. of Manipur.

২১। Lamitlon - S. Bormani Singh Rajesh Book Store, Imphal.

২২। My Three years in Manipur - Ethel St. Clair Greemwood Neeraj Publishing House, Delhi Reprint 1975.

২৩। The Administration Report of the Political Agency, Manipur for the year 1906-07

২৪। The Meitheis - T.C. Hodson Neeraj Publishing House, Delhi Reprint 1975.

***

**অইবীগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিংঃ-**

**ক) সাহিত্যগী ওইনা**

খোমজিনবা ৱাবেং (বেডিওদা অইবীনা ঙাংখিবশিং) ১৯৭৩; ফিজিকেল এডুকেসন (নুপীশিংগী হকচাংগী শক্তি হেঙ্গৎহন্নবা ইবা বাবেং) ১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী যাইফবা (তোঙান তোঙানবা হিবমদা ইবা ৱাবেংশিং) ১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল (অঙাং শেমগৎপগী মতাংদা বাবেং) ১৯৮৩, খঙনিংবশিংদো (অঙাংগী লাইবিক মনা ফংখ্রবা) ১৯৮৩; স্বর্গগী লৈবাক্তুদা (লমকোয ৱাবী) ১৯৯৪; কোম্বী ওপবেসন (বাবীমচা) ১৯৯৬; নুপীগী যাকাযবোল (বাবেং) ১৯৯৭; কোবৌহনবনা ইবোন্নুংদগী খোঙদোইবকপা লমদমদুদা (লমকোয ৱাবী) ১৯৯৮; লোইনাইদ্রবা বাবী (বাবামচা) ১৯৯৯; কোহিনুবগী মশাইগোন্দা (লমকোয বাবী) ২০০০; অমেবিকাগী খোঙচৎতা (লমকোয বাবী) ২০০১; খুবোই হাওবা লমলাংতোং(লম্মাংদোং: বিষ্ণুপুব (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা বাবেং) ২০০৪; পর্ব্বত কে পাব (চৌংলোন্দুগী বাংমদা) (তিন্দিদা বাবীমচা) ২০০৫; গঙ্গাগী মতমবাক্তা (মেমোইবস) ২০০৫; শিঙলাইওইবী অমসুং মহাবাস (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা বাবেং) ২০০৫; নুংশি খুদোল (বাবীমচা) ২০০৬, মণিপুবা সংস্কৃতি অমসুং মণিপুবী নুপী (বাবেং) ২০০৭।

**খ) বিসার্চ পব্লিকেসন ওইনা**

এডুকেসন ইন মণিপুব (ইংলিস) ১৯৮১, ফিজিকেল এডুকেসন ইন দি স্কুল অফ মণিপব (ইংলিস) ১৯৮১, ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ এডকেসন এন্দ এদজসমেন্ট ১৯৯১, ফিজকেল এডুকেসন এন্দ স্পোর্টস (ইংলিস) ১৯৯২।

**গ) তম্নবা লাইবিক (টেক্স বুক) ওইনা**

ফিজিকেল এডুকেসন (ক্লাস বানগী) ১৯৬১, ক্লাস থ্রীগা ১৯৮১; ক্লাস ফোবগী ১৯৮২, ক্লাস ফাইভকী ১৯৮৩; ক্লাস ঐইটকী ১৯৮৩, ক্লাস ঐইট (ইংলিস) ১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী ১৯৯১

অঙাংগী বিজ্ঞান: ভূগোল অনৌবা ১ ৬৮

এদুকেসন ইন মণিপুব (ইংলিস) ক্লাস XI & XII কী ২০০৬।



শ্রীমতি চোংথাম নিঙোল যামিনী দেবী খৃ. ১৯৩৬ কী দিসেম্বর ১৫ দা কৈশামথোং তোপ লৈবক্তা পোকই। অপোকপগা মিংনা চোংথাম বেনুধব সিংহ, অপোকপীনা বাজকুমাবী সনাতোম্বী দেবীনি। ৺পুখ্রম্বম বাইকুমাব সিংহ তেবা কৈথেলদা লৈবগী লোইনবীনি। মচানুপা অনীগী মমানি। মহাক এলাহাবাদ ইউনিভর্সিটিদগী মাষ্টব অফ এদুকেশন, পাটনা ইউনিভর্সিটিদগী সার্টিফিকেৎ অফ ফিজিকেল এদুকেশন এন্দ স্পোর্টস, গৌহাটি ইউনিভর্সিদগী বিটি অমসুং পিঐচ্দি, বৃটিশ ইন্সটিটিউটদগা দিপ্লোমা জর্নেলিজমনি। মহাক মশিং তমলকপদা মকোক থুদুনা বৃত্তি ফংদনা লাকই। শান্ন খেৎনবগী লমদা প্রাইজসার্টিফিকেৎ, খ্রি ষ্টাবস ফংবা মীশকনি। দি: এম: কোলেজপুল্লইভেদা ফিজিকেল এদুকেশন মমসুং স্পোর্টসকী ওজা, ডি পি বহুমেন্স কোলেজদা এদকেশনগী বিদব, দি এম: কোলেজঅফ কম্মর্সগী প্রিন্সপাল ওইবম্মা। শ্রীমতি যামিনী একাদেমিক, কলচবেল, সোসিয়েল ওর্গানাইজেসন কযাগী মেম্বব ওই। নেহরু যুবক কেন্দ্র নিউ দিল্লি, এদভাইজব বোর্দ এন সি সি, নিউ দিল্লি, স্পোর্টস অথবিটি অফ ইন্দিযা নোর্থ ইষ্ট এদভাইজবী কমিটিগা মেম্বব ওইনা থৌদাং যাখি। মণিপুব ষ্টেট কাউন্সিল ফোব কমেন স্পোর্টস কাউন্সিল, টেক্সবুক কমিটিগী মেম্বব ওইনসু থৌ পুবমই। মণিপুব লিগেল এইদ এন্দ এদভাইস বোর্দ (১৯৯০ ৯৭) মণিপুব লিগেল সার্ভিস অথবিটিগী (১৯৯৮ ২০০৩) মেম্বব, মণিপুব ষ্টেট কমেন দিস্পুর্টীবদ্রেসন কমিশনগী মেম্বব ওইনা থৌদাং লৌবমই। হৌজকনা মণিপুব ষ্টেট কমিশন ফোব কইমেনগী চেযাব পাবসন ওইব। মণিপুব ইউনিভর্সিটিগী বোর্দ অফ ষ্টাডিজ অমসু সিনেটগী মেম্বব ওইনা থৌদাং লৌবমই।

মহাক শান্তিগী সেনা অমসুনি। মণিপব পীছ কমিটি, ওল ইন্দিযা পাছ এন্দ সোলিদারিটি ওর্গানাজেসন, মণিপুব চেপটবগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা মণিপুবগী মনুং অমসু মপানগা লমদা পাঙথোকপা সেমিনাব, কনফবেন্স কযাদা শরুক যই। ইউনাইটেদ বিলিজস ইনসিযেটিভকী মেম্বব অমা ওইনা আমেবিকাগী পিটসবর্গতা ৩০ ২০০০ দা চৎত দক্লেবেসন ফোব বার্ল্ড পীসতা সহি তৌরুই (২০০০ ২০০৩)কোলক ওয়া, নেসনেল বুক ট্রষ্ট অফ ইন্দিযাগী মণিপুবী লেঙ্গোইজএদভাইজবী পেনেল মেম্বব ওই। সাহিত্যগী লমদস খুদোল তম্লি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, বাইটর্স ফোবম, লৈমবেল খোঞ্জেংকোল (লৈকোল) গী লাইফ মেম্ববনি। খৃ: ১৯৯৯ ২০০০ দা বাইটর্স ফোবমগী প্রেসিদেন্ট ওই। মণিপুবগী মনুং অমসু মপান্দা ফোঙবা চেফোংদা জবনেল, মেগাজিন্দ আর্টিকল ই। অঙাংগী তম্ববা টেক্সবুক, এসে, ৱাবীমচা, লমকোয বাবীনচিংবা ই। মানা ইবা "খঙনিংশিংদো" হাযবা অঙাংগী সাহিত্যগী লাইবিক্তা মণিপুব সবকাবনা মনা পীখি। লাইবিক ৩০ গী মথক্তা ফোংদুনা সাহিত্যগী লমদা খুদোল তম্লি। "লৈলাংবা" কৌবা জবনেল অমগী এদিতব ওইবমই। থবক্তগী পোথাববা তুংদা আশ্রম অমা লিংখৎতুনা নুপা অমসুং অঙাংগী চাওখৎ থৌবাং কযা লৌখৎলি। আশ্রমদা ৱুইমেন্স ষ্টদিজসেন্টব, লাইব্রেবী অমসু অঙাংগী টোই মুজিযম হাংদোক্তুনা সমাজগী সেবা তৌবি।